৮ শুবা লাইরিক ( মৈতৈলোন্দা )



# মণিপুরদা জর্নেলিজমগী ইতিহাস




অইবা—

ডাক্তর এমঃ কীর্তিসিংহ

বিঃ এঃ (ওনর্স), এমঃ এঃ, এলএলঃ বিঃ, পিএইচঃ ডিঃ


অকোঙবা—

অইবা মশামক অমসুং রাইঃ ভুপেনচন্দ্র ঘোষ

# য়াউরিবা হীরমশিং

# মণিপুরদা জর্নেলিজমগী ইতিহাস

## লমদমসিগী জর্নেলিজমবু রিসার্চ ওইনা পুখোকপা )

অইবা

ডাক্তর এমঃ কীর্ত্তিসিংহ, বিঃ এঃ ( ওনর্স ), এমঃ এঃ, এলএলঃ বিঃ, পিএইচঃ ডিঃ, সিঃ টিঃ ডিঃ এসঃ (ডাল্টন), জ্যোতিষ রত্ন, বাইবল কোর্স মথাংমগী ডিপ্লোমা, বাহাই কেট, ক্রিয়াটিভ রাইটিং, হেলথ কোর্সনচিংবগী সার্টিফিকেট পায়রবা ;

সেনিয়র লেকচরর ডিঃ এমঃ কোলেজ অফ আর্টস এণ্ড কর্মর্স, ইম্ফাল, মৈতৈ মচাশিংদা ফিলোসোফি (মৈতৈ কলচর) গী অহানবা ডোক্টরেত, ইংরেজী অমসুং মৈতৈলোন্দা বিষয়সিগী অহানবা লাইরিক লেংবা, বারল্ড অমসুং ভারতকি মীতিন কয়াদা মৈতৈগী রাখনবু অহানবা ওইনা অইবা পেপরগা কোম্লনা লেকচর তৌরিবা ;

লাইফ মেম্বর, আই, পি, কুরা ( পুনা ), বিশুদধ সিদ্ধান্ত পঞ্জিকা (কলিকতা), মেম্বর, ইণ্ডিয়ান ফিলোসোফিকেল কংগ্রেস, ওল ইণ্ডিয়া ওরিয়েন্তেল কনফরেন্স অমসুং ইণ্ডিয়ান সাইন্স কংগ্রেস এসোসিয়েসন ;

মৈতৈলোন্দা লাইরিক ৬, ইংরেজীদা লাইরিক ৩ ফোঙলবা, অহানবা বা ওঙবগী আর্ট নৈনবা লাইরিক লেংবা, অহানবা জর্নেলিজমগী লাইরিক লেংবা, অমসুং অহানবা লো মেগাজিনগী ইডিটর।


অহানবা ফোঙবা

ওক্টোবর তাং ২, ১৯৮০ মমল লুপা ১০.০০

## মীংশিংনবা খুদোল তৌজবা

১। ৺মোইরাংথেম বাপু সিংহ, ইপুবোক
২। ৺লুক্রাম নিঙোল শিজ দেবী, ইবেনবোক
৩। ৺:মোইরাংথেম থম্বৌজাউ সিংহ, ইপনয়াইমা
৪। ৺মোইরাংথেম নিঙোল মাইপাক দেবী, ইচে য়াইমা



তোম্লবা লাইরিক লেংবা—
মোইরাংথেম কীর্ত্তিসিংহ

# ৱাহৌদোক

মণিপুরী লোনগী জনে'লিজম অমসুং লমসিগী মীনা লোন কয়াদা থোকহনবা চেকোঙ কয়াবু রিসার্চ ওইনা যেঙদোকপসি ঐগীসিনা অহানবনি। চেকোঙলোনগী কান্নবা অসি ঐথোইগী মীশিং অমসুং লমসিদা থেংনা য়োৎরকই। থোদোক কয়াগী অকোঙবা মরাং কায়না কংলগা মপুংফাবা ইতিহাস অমা থোকহনবা ঙমই। মণিপুরদা অনিশুবা লাপ্পাও থোকখিবা, লম্লাই থম্মবা কয়া মাঙহনখিবা অমসুং থরা থোমজিনবা মীওইনা য়েংহনবিদবদগী মচাক থোমজনবদা অরাবা থেংনৈ। চহি থরসিদা জনে'লিজমগী মরমদা নৈনবা মীফম, সেমিনারদা চে পুথোক্লবা অমসুং ভাষন পীবনচিংবা থরদি তৌনরকই। Universal Literary Association, Lamlong Bazar না সেমিনারগী পেপরশিং লাইরিক ওইনা ফোঙবদা ঐস্নু অচোবা থোদাং য়াইজে। হৌরম অসি মহৈ তম্ফমশঙ কয়াদা তম্মবদগী পাশ তৌরবা মৈতৈ মচা কয়াসু থোক্লরক্লে। অইবা ইশামক হৌরমসিদা করেশপোনডেন্ত অমসুং চিঠিদা নৈনৈ। মাদ্রাজ, বেনারস অমসুং গৌহাটি বিশ্ব-বিদ্যালয়নচিংবগী জনে'লিজম বিভাগশিং চৎতুনা শম্লৈজে। অশংবা মতমদা ইবা অমসুং ফোঙবসি ওঝা ওইবগী থবক্তা চৎমিন্নহল্লি। চহি ৩০ মুকসিদা মণিপুরগী মখল মখেল ওইরবা চেকোঙ কয়া শম্নহনা কলম লেপচদনা ইমা লৈবাক্কী সেবা তৌজরি। খাইনা অইবা জনে'লিস্ত ওইনা থম্মিরবসু আর্টিকল ১০ গী মন্নুংদা ফোঙউ য়াদবা ৪ দি থেংনবা তৌক্লি। ফোঙগদৌরিবা কাঙবুনা পামদবা, পান্দম চানদবা অমদি ঐগী মিংচৎ হেনগৎপ্লগনি থন্দুনা মরম চাদনা থিংজনবা অমসুং লৈবাক্কী অরুবা মতাংনসু ওইবনি। Emergency গী মতমদা সরকারগী মায়কৈদগী বার্নিং তৌবা ইশামক্তা থেংনক্লে। ঈশ্বরনা থোজানাবিবদগী International ওইবদা হাপচবসু ফংজখি। জনে'লিস্ত অমা ওইনা সুংতিগী মৈতৈ থবর অনৌগী (প্রজাতন্ত্র অমসুং অনৌবা সমাজ) চহি ২৩ শুরকপগী সপ্লিমেন্ত ফোঙবদা ইজাখি। মণিপুরী জনে'লিজমগী শরুক কয়া

পাউজেল, সনা লৈবাক, মতম ( থাগী ) অমসুং মেগাজিন থরদা কোঙখি। মখোইনা য়াবিবগীদমক অমুকসু লাইরিকসিদা হাপচরি। এইচ, ইরাবতবু জনে´লিস্ত ওইনা ৮৫ শুবা মপোক মুমিংকি সোভিনিরদা ] ইকৈ। লো কলেজগী অহানবা ইডিটর অমসুং থায়দোকত্রিবৈ ডি: এম: কলেজ ছাত্র ইউনিয়ননা কোঙবা চাউরবা মেগাজিনগী Prof-in-charge ওইরকই।

ঐনা লাইরিকশি ইবদা মমিং মথা চিংখবা য়াউরমগনি। নোংমা নোংমগী মৈতৈ চেকোঙ মশিং অকিবদা হেনগৎলক্লি। পোৎ তাংলকপনা চেকোঙগী মমলসু হায়গৎলক্লি। মউলিংবা অমসুং মমল হোংবা চেকোঙ পংয়াম য়ামদে। চেকোঙ অসি তোংবদা থম্নবদগী থোকলকপাদ লেপ্তে।

লাইরিক অসি নম্বদা অমসুং কোঙনবা হোৎনবদ ইথম্নুনা পোৎলুম য়াজরে। থুংনা ইবা ওইরিবৈদা মণিপুর স্তেত কলা একাদেমীনা ১৯৭৯ গী প্রাস্ত পীবগী স্কিমদা ওইনা থল্লি। মতেং পীগদবতু হৌজিক ফাউবাদ ফংদ্রি। থুনা অকোঙবা ওইনা উৎনবা হোৎনবদা চেকোঙশিংগী মমিং চৎলবা মীওইশিং, থুংই অমসুং প্রেসাক মেনেজমেন্তগী শরুক হাপচনখিত্রে। জনে´লিস্ত অয়াম্বা কারকার, উকিল অমসুং রাজনীতি তৌবা ভাক্তনি। এম: এল: এ: মন্ত্রী অমসুং এম: পি: কয়া মায়কৈসিদগী লাকথি। থরনা A.I.R, P. I. B., অমসুং সরকারগী পব্লিসিটি & Public Relation দা থবক তৌই। ঐনা পুখোকচরিবা লাইরিক মচাশিনা মখোইগী শরুক, থায়রিবা মতাং, জনে´লিজম মথং অমসুং সাহিত্যগা ইতিহাসকা মরী লৈনবতু থরদং মতাল তাহল্লবদি মুংভাইজগনি।

শ্রীএইচ: নিমাই শর্ম্মনা মাগী প্রেসতা ছাপা তৌবিদুনা তেল্লবা মতমদা লাইরিকশি লোইশিনবি। ঐগী মুংশিরবা ছাত্র বাই: ভুপেনচন্দ্র ঘোষনা প্রুফ পাবা অমসুং কোঙবদা মতেং পাংবিদুনা পোৎলুম য়াংহনবগীদমক মঙল পীজরি।

ইম্ফাল, তাং ২।১০।৮০

অইবা

# মণিপুরদা জর্নেলিজমগী ইতিহাস

## ১। অরিবা মতমদা জর্নেলিজম

মীওইবনা অকোয়বদা থোক্লিবা পুম্বা খঙনীংই। থায়নৈঙেদা থাদোক থাজিন তৌবগী খুদোংচাবা ফংদ্রিঙৈদা মীওইবনা সমাজগী মীওই অৱৈদা খঙবা অমসুং ফাউবদু খঙহন্নবা পাম্বৈ-কয়া পুথোকনরম্মী। হৌজিক্কি অসিগুম্বা খুদোং চাদ্রবসু মথোইনা তৌনিংলিবদুদি পাংথোক্লম্মী। মতম মতমগা চান্নবা পাম্বৈ শেমদুনা পাউ থদোকনবা হোৎনবসি মীওইবগী মশাদা য়াউরি। জর্নেলিজম হায়রিবসিসু পাউ থাদোকনবগী অচৌবা খুৎলাই মথন অমনি।

খবর (মুংতিগী পাউজেল চে) অমসুং চেক্নোং কয়াগী হৌরককমসি নোংচুপলোমদদি গ্রীকী থিয়েঠর (লীলা শাম্নকম) না ওইখি। এথেনস (নত্রগা এটীকা) গী নাটক ইবা সোফোকলস অমসুং এচিলস পাউ থাদোকনবগী বিষয় অসি মথোইগী অইবদা নৈনখি। ইউরোপ অমসুং ইজিপ্তা খৃ: মমাং ৫ দগী ৭ শুবা চহি চাদা জর্নেলিজম মথন অমা ফংলম্মী। রোমদা খৃ: মমাং চহি চা ৫শুবা জুলিয়স সিজরনা রোমান সম্রাজ্যগী

কাউন্সিল লৌসনববা অহানবা মুংতিগী খবর 'Acts Dyrna' কোঙখি। সরকারনা লাউথোকপা পুম্বা চিঠি য়াওই। বাখন খোৗরবা মুপাসিনা চে অনী অসি পুথোকখি (১) Acts Senates কৌবা রোম সিনেটকী প্রোসিদিং (খবক তৌরকপা) শন্দোকপা, অমসুং (২) Acts Publica কৌবা প্রজা মীয়ামগী পাউ শন্দোকপা। অকোনবগীসিদা শেনথুমগী মরমদা সরকারনা পায়থৎপা ঈ পাউ কয়াসু কোঙই।

ঈ-পাউ থাদোকনবগী পাম্বৈ মখল কয়া পুথোক্লমবা মুঙ অমসুং কোরিনচিংবদা অহকপা কয়া থমনখি। ধর্মগী ঈ-পাউ শন্দোকপা অইবা কয়া চেকশিম্না ইতুনা রেনবতু ময়ায়া পাম্নখি। ছাপা নমবা অহানবদা পুথোকপদি চীনাদনি। খৃঃ ১৪৪০ দা ছাপাদা পৃথিবীগী খ্বাইগী অহানবা চেকোং 'Peking Gazette (পেকিং গেজেট) কোংখি। মসিগী মতৌ তমতুনা ইউরোপকী মফম পুম্নদা য়ৌখি। ইউরোপকী তুকান অমসুং মেলা তৌবদা মরু ওইবা পাউ, মুংভাইবা থোদোক অমসুং নিংথৌগী দরবারদা চঙখিবা কয়া নমতুনা য়োলনি। News Bulletin (লৈবাক্কী পাউ চে) কয়া অষ্ট্রেলিয়া, নিউজিলেণ্ড অমসুং নেদরলেন্দা খৃঃ চহি চা ১৬—১৭ তা কোঙনখি।

ইউরোপ অমসুং মরু ওইবা লমশিংদা কোঙনখিবা অহানবা খবরশিং মথাদা পীরি—(১) Newsaithung নিউজলেণ্ড (খৃঃ ১৬ শুবা চহিদা) (২) Gazzete de France ফ্রান্স (খৃঃ ১৬৪১); (৩) Gazzeteven Gate, বেলজিয়ম (খৃঃ ১৬৬৭), (৪) Frank fur ther General জর্মনি, (৫) Journal de Genva স্তুইজরলেণ্ড, (৬) public Occurrence আমেরিকা (খৃঃ১৬৯০) (৮) vaitriya News জাপান, (৯) Daily current ইংলণ্ড (খৃঃ১৭০২ গী মার্চ্চ তাং ১১)। খরনদি এলিজবেট-

কি মতমদা ( ১৫৭৮-১৬০৩ ) থোকখিবা English Mercurie হায়বহুনা হানলি হায়রৈ।

অর্ম্মনীদা কোন্ডবা খৃ: ১৬০১ দী খবরশিং হৌজিকস্থ কন্ডলি।

হায়রিবা মতম অসি পৃথিবীগী মকম পুম্বদা নিংথৌ-শিংনা শাসন তৌরিভে, নেসনেলিজম অমস্তুং ডেমোক্রেশীগী মশক শেংনা নৈনন্ত্রিৈভগী ওইরি।

অহানবা মেগাজিনদি 'Gentleman's Magazine কৌই। খৃ: ১৭৩১ দা Edward cave না লিংখংখি; খৃ: ১৯১৪ ফা-উবা চথরম্মী। অইবা বাহৈ ময়াম পুনবব্ মেগাজিন কৌই হায়না ইহান হান্না শীজিন্নখিবা নূপাসি খৃষ্ট ধর্ম্ম শন্দোক-পা পুরিৎ George Herbert ( খৃ: ১৫৯৩—১৬৩৩ ) নি।

ময়াম্ন ওইবা মতমসিদা অচৌ অশাং অমস্তুং অডম অথৌ-শিংনা কোটতা কবি থোকপগে থঙনবা পাও পীবা মী থম্মী। থুংনা ইবা চেদা মকম নাইবা মীওই অমস্তুং ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওইশিংগী থবক কয়া নৈনৈ। হৌজিক্কী খবরগী মওংদি ইটালিদা অহানবা পোকখি হায়রৈ। খৃ: ১৬২২ দা জর্ম্মনগী লান তাকপা পাওনা ইংলণ্ডগী অহানবা নিউজ সিটনি। রেষ্টোরেশনগী মতমদা য়াম্না চাওখংনবা তৌখি। মথংদগীদি জনৌজিষ্টশিংগী থৌদাং কনখংলকপা অসি সরকারগী ফত্তবা শন্দোকপা অমস্তুং সরকারনা লাকসিন্নবা হোংনবচিংবা ইতিহাস কয়া লাক্লে।

নোংপোকলমদা পাও থাদোক থাজিন তৌনবস্থা অমস্তুং য়াম্না ই পাও খঙনরমবসিগী মওং অমুক খন্নবদা মুঙাইগনি মমাংভৈগী মম্নু স্মৃতিগী মতমদগী থুংনা ইবা পাওজেল চংনরক্লে, পাও লৌথোক লৌশিন তৌবসি সরকার অমস্তুং অরাপ্পা মক-মশিংগা ময়ী নিংখিনা থন্নবগী থুংলাইনি। অবোনবা পাও লৌনবা

ল্পাই মকম খুদিংদা থমলম্মী। লৈপাক মম্নুংদা পাও লৌনবা নত্তনা দেশ অতৈগা মরি থম্নবসি মথোংনা লংকৈ চৎপা অমম্নুং (ললোনবা কাওবু) ললোনবশিংনা তৌরম্মী।

পাউ থাবসিনা মথোয়গী মথৌনি। মনিং তম্না মোৎ কোওদোকপা ওয়দে। ললোনবা চৎপা কাওবুনা মথোয়গী অশাংবা খোঙচৎতা সহর অমদগী অমদা অমম্নুং লৈরক অমদগী অমদা পাওগী চিঠি পুই। বাঙ্গরা হায়বা মখল অসিকা লম্নাইগী অমম্নুং ময়ামগী পাউ পোৎয়োম অতু পুই অমম্নুং মখন থরদা লৌরগা য়োংহল্লি। লৈবাককী হেন্না ল্‌বা সমাজগী অমম্নুং প্রজা পুম্নগী ওইবা পাও অতু মচিম্না তমই। বাঙ্গরা লেপ্পা অমম্নুং শগোল শিনবা মফমবু সরোই কৌই। সহরগী বারী শাফম্নি।

প্রেস জর্নেলিজম লাক্তিংৈদা পাও থাদোক থাজিন তৌনা চৎনরম্মী। ডাক চৎপসি খৃঃ ১৩৩৩ দা মহম্মদ তুঘলকী মতমদগী চৎনরে হায়বা ইতিহাসতগী ফংই। সেরসাহগী মতমদা থবক ফজনা চৎথরম্মী। আকবরনা পানবদা হায়নীঙাই লৈতনা চাওখৎখি। মোগোলশিংনা ভারত্তা পানলিঙৈদা ইবা খোম্না থাব অমম্নুং পাও পুবগী শরুক পুবা দিপার্টমেণ্ট নিংখিনা চৎথখি। নিংথৌরেনশিংগী ওইবা রাকাই অমম্নুং অথবর লৈবগুম্না প্রজাদা শন্দোকপা খুংনা শিন্দোকপা কয়াস্থ লৈখি। রাকিয়া নিগরনা নিউজ এজেণ্ট ওই। পাও মরুওইবা থোদোক অমম্নুং রাকং পুম্না কোর্টতা থাই। লৈবাকী পাও ইনবা লাইরিক্তা রাকিয়া নবিসনা ইশিনলি। সরকারগী মরু ওইবা মফম কয়াদা পাওগী লাইরিক থম্মী। লোয়শঙ অসি মকোক থোংনা পুবা মীবু রাকিয়া নিগর কৌই।

তোঙান তোঙানবা কোর্টকী অইবশিংনা থনম্না মরু ওইবা থোদোক কয়া ফংই। শিবাজিগী কোর্টতা অলাজি রজনাথ

মলেকরনা অহানবা বাকিয়নবিস ওইতুবা 'Bayani-Waqias' ইবা হৌই। লম্নাই অমসুং ময়ামশীদমক বাকিয় ইবসি খৃঃ ১৮১৮ নানা ফনিবেসকি মতম কাওবা চৎখি। সিকাই লালহৌবগী মতম ফাউবা ফংই হাইনসু য়াউই। অরোইবা মুগলশিংনা খৃঃ ১৮৫৭গী লালহৌ ফাওবদা মুংতিগী কোর্ট ডাইরি ওইনা উর্দ্দু অথবর ফোঙখি।

মুগলশিংগী মতমদা মু·ত্তিগী রেজিস্তর অমসুং স্তেতমেন্ত থমখি। কিবম ফবা মীওইশিংনা পেন্নবগী আট খাস তৌনরমই। ছাপা নম্বগী থনক লাক্রফাউবদা থুংনা ইবা থবর ফাঙবা মথন অমা চৎনরমই। মাশং য়ামদনা শন্দোকপা মও'দা থুংনা ইবসি মহৈ ভস্কমশঙশিং অমসুং সোস ইটি থন্নরা তৌখি। ব্রিটিশকী মায়োক্তা শন্দোকপা কয়াসু থেংনখি।

খৃঃ ১৮০১ দা মুগল কোর্ট গেজেট পার্বি ময়েক অমসুং লোন্দা ফোঙই। দিল্লীদা সিপাই লালহৌব্রিইঁডেদা থবর ওইনা কোঙখিবদা Akhbar-i-Delhi (১৮৩৭), Nuri Mashrqui (১৮৫৩) অমসুং nurl-Magharabi শিংবানিঙাইনি। নি·থৌগী কোর্ট অমসুং ডরবারশিংদা পার্বিলোন তম্নখি। ঈ পাউ ওবসু লোনসিদা তৌনখি।

পার্বি লোন্দা মমালোনগী ছাপানা সমাচার দর্পন হায়বসি মিশনরিশিংনা খৃঃ ১৮১৮ দা কোঙখি। খৃঃ ১৮২২দা য মিজ হুন্নুমা কলিকতাদা কোঙখি। রাজা রাম মোহন রায়না ধরম-তোলাদগী ঈরাৎ খুদিংগী ওইনা মিরট-উল-অথবর কোংখি। চহিমুক কোঙলগা খৃঃ ১৯২৩দ Press Ordinance কি মায়োক্ত য়ানৗংদবা উত্নুনা লেপখি।

খ: ১৯২৯দা Bengali Herald থোকখি। কলিকতাদা পার্বি চেকোঙ Emanul Akhbar ফোঙনবা হোৎনবতু অরেম্বা ওইখি। কলিকতা, লুধিয়ানা অমসুং করাচিনচিংবদা পার্বি

চেকোঙ কোঙখিবদুনা কাবুল, হেরাট, অমসুং বুখরানচিংবদা পানখি।

ভারতকি লম গোবাদা পর্তুগীজ খৃষ্টান ধর্ম' শন্দোকপা শিংনা প্রেস লিংখৎতুনা খা ভারতকী লোন্দা লাইরিক নমখি। খৃ: ১৫৫০ দগী ১৬৭৯ ফাউবদা প্রেস অহুমথক লিংদুনা ধর্ম'গী লাইরিক্তা নত্তনা ডেক্সনারী কোঙবা হৌরে। লোন্দী পর্তুগীজ অমসুং তামিলদা ওইখি।

খৃ: ১৬০০ তা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানী লিংখৎলবসু খৃ:১৭৫৭ কি পলাশিগী লানফমদা মরাইবক লেপত্রি ফাউবা লৈবাক ঙাকপা ওইখিদে। মতমসিদা লোনবগী মথৌ তৌবনা চেকোঙ থোকহন-বদা থবায় চংখিদে। শাসন পায়রকপদগী ইউরোপীয়ান কাঙবু থরনা কম্পানীগী নীতিনা পেন্দবা ফাঙদোকপদু মথুম লৈবাক্তগী মত য়েংনবা তারমই। খৃ: ১৭৮০ ফাউবা ইংরেজী লোনগী থবর লৈরমদে। ইংলণ্ডদা কোঙনগা ভারত য়ৌরকপদা থা ৯ নত্রগা চহি ১ চংলগা ভারত্তা য়ৌরকই। থৌরাং তৌরগা শিজিন্নবা য়াবা প্রেস থরা অচৌবা সহরশিংদা লিংখৎলে। চেকোঙ থোকপদা অপনবা ওইরিবসি ভারত্তা লৈরিবা ইংরেজী মচা পুম্বা তলব চাগা মীনাইনি। মীশিংসু প'য়াম য়ামদননা চৌন্দা ঈ-পাউ শন্দোকপা ঙমই। থিনলবসু থিন্না ইংলণ্ডগী ঈ-পাউ তাবদা মুঙাইনরমই। মীশিং তেনগৎলকপা অমসুং মত থেন্নরকপদু কনখৎপদগী প্রেসিডেন্সী সহরশিংদা চেকোঙশিং থোকপা ওইরকই।

অহানবা ইংরেজী লোনগী থবরদি Calcutte General Advertiser খাইনা থঙনবদা Hickey's Gazette নি। James Augustus Hickey না সম্পাদন তৌদুনা খৃ:১৭৮০ গী জানুৱারী তাং ২৯দা অহানবা ইসু থোকখি। কলিকতাগী নেসনেল লাইব্রেরীদা অরিবা থবর শংগী সেত থরা ঐনা যাদবপুর

সাইন্স কংগ্রেস (১৯৮০) দা য়াউবা চংপদা উবা ঙমখি। মখোয়-কুগী মখিং খরদং পনলি। কলিকতাদা গেজেট (১৭৮০), বেঙ্গল জর্নেল, Oriental Magazine of Calcutta (১৭৮৬) Madras courier (১৭৮৫), Harkaru (১৭৯১) Madras Gazettee (১৭৯৫) Indian Herald (১৭৯৫), Bombay Herald (১৭৮৯), Courier (১৭৯০), Bombay Gazette (১৭৯১),

খৃ: ১৭৮০দগী ১৭৯৮ দা জর্নেলিজম হৌবককয় মতমনি। কম্প্যানীগী থবক তৌবা মীনা সম্পাদক ওইথ। পোংথোক বাংলবস্থ ঈ-পাউদি মপুং ফাখি। ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্ত, ভারতাক নিংথৌমচাশিংগী পাউ খা আমেরিকা অমসুং চীনাগীসু হাপ্পুনা ফোঙখি। খৃ: ১৭৯৯গী মমাংদা প্রেসকী আইন অমতা শেমখ্রে। মসিগী মতুংদাদ ফোঙদবা মচাক পুম্বা য়েংখি। সরকারদা ডিক্লারেসন তৌহনখি। মতম অসি কম্পানীগা মহীশুরগী টিপু সুলতাননচিংবগা লান তৌনবা অমসুং ইউরোপ্তা ইংরেজশিংগা ফ্রান্স অমসুং আমেরিকান মচাশিংগা লান তৌনবা মতমনি।

মতমসিগী খবরপুম্বা ইউরোপ মচাশিংনা মপু ওইবা সম্পাদন তৌবা অমসুং ভারত্তা লৈবা ইউরোপ মচাশিংগীদমক ভাঙবনি। খৃ: ১৮০৩দগী রুল কনথংলকলে। খৃ: ১৮০৫-১৮১৩দা কম্পানীগী (East India Company গী) official policy মথং মথং শেমলে। মতমসিদা থোকখিবা চেকোঙশিং Bengal Hurkaru (১৭৭৮) Dig durshun (১৮১৮) সমাচার দর্পণ (১৮১৮), John Bull (১৮২১), সমাচার চন্দ্রিকা (১৮২২), বেঙ্গল হেরাল্ড (১৮২৯) বঙ্গদূত (১৮২৯) The mirror of the Press (১৮৩০) কলিকতা কোরিয়র (১৮৩২) সম্বত প্রভাবকর (১৮৩১), The Englishman (১৮৩৩) সংবদ পুর্ণচন্দ্রদয় (১৮৩১) Bengal spectator (১৮৪২-৪৩), The Evangelist (১৮৪৫) সত্যরনব

(১৮৫০), বিবিধর্থ সংগ্রহ (১৮৫১) সমাচার সুধাবর্ষন (১৮৫৪) সমপ্রকাশ (১৮৫৮) Education Gazettee (১৮৯৩) অসিনচিংবা।

অনৌবা ভারতপু লমজিংবা রাজা রামমোহন রায় ভারতকী সমাজগী হোংগন্দবা মচাকশিং অমসুং নৈবাক ভাকপা মীওংশিংগা মুরুবা চেকোঙ কয়া ইংরেজী,বেঙ্গলী, পর্ষিলোন্দা পুথোকখিব মতমনি। সম্বদ কৌমুদি (১৮১৯) সমাচার চন্দ্রিকা বেঙ্গলীদা পুথোকই। পার্ষিদা কোঙবদা 'Meratul Akhabar (১৮২২) পনবা য়াই। মহাক্না Governor—General ওইবা আদাম্ব য়ানিংদবা ওইনা Supreme Court তা, King-in-council তা দরখাস্ত কয়া থাখি। মতু য়ারকত্রবদগী শাউদুনা রামমোহন রোয়না চেকোঙ কয়া কোঙবা তোকখি। মতমসিদগী অনৌবা অনৌ লিক্তমগী মতম হৌরকলে।

[মথক্তা পনখ্রিবা চেকোঙশিং ঐ ইশানা য়েংবদা সাইজ মচাক অমসুং লামাইনচিংবা নৈনরকলে।]

নীংশংগদবদি অরিবা মতম হায়বসিদা মণিপুরতগী তোপ্পা থম্নদবা য়াদে। খৃঃ চহিচা ১৮ কাউবদা অনৌবা বিজ্ঞানগী ঈথিন ঐথোয়গী লমদমদা ফুজিনলক্তি। মশাগী ভোগলিক অবস্থা অমসুং ঈনাংনা লেপথিবনা পৃথিবীগী মফম অতৈদা চংলকপা বাথন অদু লমসিদা পানসিনবা য়াদে। মথাগী তাক্তকশিংদা মণিপুরগী চীং অমসুং তমদা অনৌ লিক্তিম চাওখৎলকপগী মৈহৌরোন কয়া নৈনজরি। মণিপুরগা মৈতৈ মচা মহৈ মশিং হৈবা মীশিংনা বেঙ্গলী অমসু অসামগী খবর অমসুং চেকোং কয়াদ তাংলম্মী। কোঙলবা মতুং থা কয়া নৈরগা মণিপুর য়োরকপগে হায়বতু ঐথোইনা থম্নবা য়াই। লাইরিকশিংদা অনৌ লিক্তমগী ইতিহাস পীবমা লম্বেল থোং চাওখৎলকপা, বস অমসুং প্লেন চাওখৎলকপা, প্রজাগী মহৈ মশিং হৈরকপা, ছাপা নম্বগী মেচিন থম্লরকপা

অমসুং খাইগী মথক্তা রাজনীতিগী য়াওন হোংলকপা থিবিক ঈরোইননা পনলি। মহৌশা নিংথৌ পাল্লিদুনা, ব্রিটীশনা শাসন তৌরিবদুগী মতমদগী হৌজিক মপুংকায়ক্লিবা ফাওবদা অমা ওইরকপা কাওবগী মতাংদা জর্নেলিজমগী ইতিহাস পীজরি।

## (২) মণিপুরদা জর্নেলিজম হৌগৎলকপা

( খৃঃ ১৯২০-৪৯ )

অহানবা মণিপুরগী জর্নেলিজমগী হৌরককমদি মপান-লোমদগীনি, মৈতৈ লৈমা অমসুং জাগরণচিংবা কোংখিবসিনি। কছার অমসুং প্রতাপগড়দগীনি। মপান্দা লাইরিক তম্বা মণিপুরী ছাত্রশিংনা হোৎনদুনা ফোংখিবনি। ইম্ফালদগী হীজম ইরাবত সিংহনা মৈতৈ চনু কৌবা খুৎনা ইবা মাগী চেকোং অমা সম্পাদক ওইদুনা ইসু ৫।৬ থোকহনখি। চাওরাক্লা খৃ: ১৯২৫-২৬কী মনুংদা ওইবা য়াই। ছাপা নক্ষম লিংখৎলকতুনা ছাপাদা মেগাজিন মুংতিগী খবর, চয়োলগী খবরনচিংবা মথং মথং পুথোরক্লমই। নোংচুপকী শিক্ষা ফংলকপা, মণিপুরী সাহিত্যগী বাখল পোক্লকপা লাইরিক ইবা মীওই কয়া থোক্লকপা অসিনচিংবা জর্নেলিজম চাওখৎহনবা ওইরকই। খৃ: ১৯২০-৪৯ ফাওবসি মণিপুরী জর্নে-লিজমগী অহানবা মতাং কৌবা য়াই, সরকারগী রেকোর্ড অমসুং রিপোর্টনচিংবদা মণিপুরী জর্নেলিজমগী মরম পাল্লমদে। লান মমাংদা কোংখিবা চেকোং কয়া থিবা ফংদবাস, ঐখোয়গী লাইবক থিবনী। জর্নেলিজম কোংবদা য়াওখিবা মীশকশিং লৈখিদরে। হিংলিবা খরনা মতম পীবা য়োনা নীংশিংদরে। হিংলিবা অমসুং ইরম্বা কোপী পুম্বা লোয়না মাঙনরে। মরম অসিনা চেকশিনব বাংহৌবা অমসুং থীজিনবা পামদবগী থওং উৎলে, লান্দা মাংখিবনসু অচৌবা মরমনি। মেগাজিন নত্তনা মুংতিগী কোংবদি ডুকান্দারদা

য়োনথোকপা অমসুং মৈ থাদোকখিবা তৌই; সরকারনা মংপসু য়াওদবা নত্তে। রেকোর্ড, সেক্সন অমসুং লাইব্রেরী অসি মতম অসিদা নিংথিনা লৈত্রে। ঐখোয়না তানবা মরোন অকুপ্পগী মচাক থাংলে।

মথক্তী মতম অসিদা থোংখিবা মরিং চৎপা ঙুংতিগী চেকোং, চয়োলগী চেকোং অমসুং থাগী ওইবা চেকোংশিংগী মরমদা শমলকপা খরদং লৈনরী।

ঙুংতিগী অমসুং চয়োলগী থোংবা খবরশিং

দৈনিক মনিপুর—খৃঃ১৯৩৩দা চূড়াচান্দ প্রিন্টিং প্রেসতগী থোঙবম গোকুলচন্দ্রনা সম্পাদক ওইদুনা থোংখিব মণিপুর পুম্বগী নত্তনা আসাম পুম্বগী অহানবা পাউজেলনি। শ্রীঅতোম্বাপুদেব শর্মনা প্রোপাইটর ওইখিবা চেকোং অসি মরুমগী মমুংদা মসিমু ১নি। ধর্মদা সাহিত্যদা নত্তনা রাজনীতিগীদা কয়া লৈনবা শক্তি মতিক চানা লৈবা ওয়গেননি। মণিপুরগী ওইবদা নত্তনা মৈতৈ তাবা কছার তখেল, নবদ্বীপ, বৃন্দাবন অমসুং বর্ম্মাদেশকী মৈতৈ লৈবা মফমদা শিন খুংনা পায়বা খবর অমনি। নোংমদা অনৌরক নমদুনা য়োল্লি। হায়নৈ। তাংদাংবদি থত্তবা ওমদে। খবর অসিনা চৎপা মশীং থিবদা খর থানৈ। কোপী মশীং ৩০০০ য়োম চৎলি হায়নৈ।

দৈনিক মণিপুর খবরদা থোংখিবা আর্টিকল কয়া অদুনা মণিপুরগী কলচর অমসুং লাইনীংদা অশেংবা মশক উৎখি। ব্রিটিশ সরকারগী সাসন মতৌবু সমালোচনা কয়া তৌখি। নীংতম্বা থোংদোকপা, লম্বাই সাসন তৌবা অমসুং সরকারগী তোঙায়া লৈনবগী মত উবদা ব্রিটিস সাসন তৌবা পোলিতিকেল এজেন্তনা পাথৎপা ওইখি। চহী মঙা চুপ্প লৈবাক সেবা তৌরমগা মণিপুর সরকারনা থিংবদগী থোংবা তোকখি। পোলিতিকেল এজেন্ত ১মসু: দরবারনা মিতিং তৌবা অমসুং মত পীবদা কয়া থিংলিদৈ মতমনি।

মণিপুর মতম— রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা তরুন প্রেসতা কোংখিবা মুংতিনী চেকোংনি। খৃঃ ১৯০৭-০৯গী মনুংদা কোওবা চেকোংনি। নিখিল মণিপুর হিন্দু মহা সভাগী মত কোঙদোকপা ওইরবসু ব্রিটিশ সরকারবু খিনা নিন্দা তৌবা ওইরে। মরাই ওইনা চৎলি। কোপী মশিং ৩০০ লোম নোংমদা নমদুনা থোললি। মশাগী পৈশা মরী পীরবসু হাত্রশিংদা মমল তথ্যাই অমা তাথে। সরকারগী ওইবা এডভরতাইজমেন্ত লৈরমদবনা কমসীয়েল ওইবা খরদং কোংনরম্মী। খবর অসিদা শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, ডাক্তর লৈরেন সিংহনচিংবা ইবা য়াওখি। খবরগী লমায়দা আসামগী লোনগী শরুক হাপ্পুনা নমখি। আসামদা ব্যাবহার তৌনবা মণিপুরগী খবর অমা ওইখি। ডাক্তর ডিবেশ্বর নিয়োগনা আসাম পুস্বগী অকোংবা খবর ১মুং লাইবিকী মশিং কোংবা মণিপুর মতম অসি হাপলম্মী।

মণিপুর পাউরেল—খৃঃ ১৯২৯ চৌরকপদা মণিপুর মতমগা মতম অমতদা কোঙমিররম্বা খবরনি। চয়োলদা অনীরক কোঙই। লৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইখি। হায়রিবা মতম অসি ভারতকী নীংতম লানগী লান কম্মা থেনবা মতম ওইবমা চেকোংগী সম্পাদক কয়াবু জেলদা থমনখি। মণিপুরদসু ইডিটর কে: কুঞ্জবিহারীবু মণিপুরগী দরবার অমসুং সদর পঞ্চায়েতনা কেশ কয়াগী বিচার লৌখৎতুনা কৌখৎখি। কেশ অয়াম্বদা ইডিটরনা মায় পাক্লবসু ইজ্জৎ মাঙহনবগী বাথোক অমদা সদর পঞ্চায়েতনা মহাকপু জেলগা জরিগা তৌখি। মণিপুর ইতিহাসতা সম্পাদক জেলদা থম্বসি মসিনা অহানবনি। প্রেস অনসুং চেগী পার্মিৎ ককখি।

মতম খরদি মণিপুরদা চেকোঙ অমতা লৈরক্রে। লাকপী মরৈ ওইরকপা খৃঃ ১৯১৬দা পার্মিৎ কঙদুনা খবরগী মেগাজিন ইডিটরসিনা কোঙলগ মতুংদা চয়োলগী ওইনা ওসি কোঙলকই।

সেক্যুরিটি লুপা ১০০০ থমউ হায়বদগী মতম থরা লেপখি। মতুংদা লুপা অসি থম্নগা ওসি কৌবা মুংতিগী পাওজেল (১৫-৭-৪৮) থোকহনখি। মসিদি মথংদা নৈনরনি। মুংতিগী ওইবা ওসি অসি মণিপুর কাউন্সিলনা থিওখি। কুঞ্জবিহারীনা 'কংগ্রেস বুলেটিন কৌদুনা মশীং ১, ২, ৩, ৪ রোম কপী লীশিং লীশিং কোওখি।

প্রজা—অহানবদা চয়োলগী ওইখি, মথংদা প্রজাশক্তি কৌদুনা মতম থরা কোওখি। মুংতিগী ওইনা কোওবা প্রজা চেকোও অসি খৃ: ১৯৪৮ দা লোইতাম য়াইমনা সম্পাদক ওইনা 'নিংথৌ যুগ লোয়রে' হায়বা ইডিটরিয়েল কলম মচেং অমা কোওলুবদগী নিংথৌনা কোওবা থিংখি।

শ্রীহিজম ইরাবত সিংহনা ময়ামদা রাজনীতিগী জ্ঞান শন্দোক-পা পেমফ্লেট, জর্নেল অমসুং লাইরিক মচা কয়া খৃ: ১৯৩২-৪৮ কাওবদা কোওদোকখি। ১৯৪৮-৪৯ তা চয়োলগী পাউজেল চে 'অনৌবা যুগ' কৌবা অমা লিথোদতা কোওখি। ডাক্তর লৈরেন সিংহনা মুংতিগী থবর 'পাউজেল' কৌবা অমা মতমসিদা কোওখি থাগী ওইনা কোওখিবা মেগাজিনশিং—

য়াকাইরোল—খৃ: ১৯৩০ দা ডাক্তর লৈরেন সিংহনা সম-পাদক ওইদুনা বাই অফিসতগী কোওবা থা অমমমদা কোওবা মেগাজিননি। মেগাজিন অসিনা লোন, সাহিত্য চাওখৎনবা অমসুং ময়ামগী ওইবা মত কয়ামরুম ফোংখিবগে হায়বদু খওবা ওম্মী। লাইরিকী সাইজদা কোংই। লামাই অদু মথং মথং ইথৈ। মথুমদা লক্, ভুমিং অমসুং খাওমৈনচিংবা য়েকই। ইংরেজী অমসুং মণিপুরী লোন অনীদা কোওই। মণিপুরনা ভারত্তা তিনব্রিডৈ অমসুং মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদা ওইরম্বা মণিপুরগী মশক অদু য়াকায়রোলগী লামাইদা উই। ডা: কমল, খাইরাকপম চাউবা অমসুং এস, ললিতনচিংবনা চাং নাইনা

আটিকল ই। খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহনা শৈরেং কয়া কোল্ই। লবঙ্গলতা উপন্যাস অহু সেরিএলাইজ ওইনা ইন্থু অয়াম্বদা কোংই। সম্পাদকী বারোলদা প্রেক্রিতিক প্রোগ্রেসিভ ওই। মহারাজগী থবক্তা নিনদা তৌবা মহাত্মাজীগী আন্দোলনগী পাউ, হিন্দু রাজ্যগী ওইরম্বা শক্তম, আসামা মনিপুরগা মুংশিনবা (আসাম সাহিত্য সভাগী জেনেরেল সেক্রেটরীনা মনিপুরী লোনগী খোঞ্জেল অমা লৈ উৎপা) অমসুং কাছারদা নাউরিয়া ফুংগোগী অনৌবা লাইনিংনচিংবা সমর্থন তৌই। মপানগী মণিপুরদা তোইনা ঈ-পাও কোংলকপা ডিব্রুগড়নগী হিজম রতন সিংহনা পনবা য়াই। কোপী অমদা অনা মঙা অমসুং চহীগী চাঁদা লুপা ৩ ওই। চহী ৭/৮ লোম থিংলম্মী।

ললিত মঞ্জরী পত্রিকা— শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মনা সমপাদক ওইদুনা খৃঃ ১৯৩৩দা কোংবা থা অমমমগী মেগাজিননি। দৈনিক মণিপুরগা মতম অমতদা কোঙমিন্নখি। চেফোং অসিনা মৈতৈ ইনাৎ, ত্রাবা অমসুং শৈরেং কয়া পামমহনখি। লোনগী মউ লিংহনখি হায়বদা লানদে। মেগাজিন অসিগী লামায়দা মহৈ মশীং ইতিহাস ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী ওইবা মচাক ওই। রাজ নীতিগী মতাংদা মহারাজ চূড়াচান্দবু সমর্থন তৌই। নীখিল হিন্দু মহাসভাবু শোগৎপা অমসুং ভারতকী কংগ্রেসকী ঈ-পাও শন্দোকপা চেকোংনি। অপাকপা সাইজদা ইন্থু অমদা লামায় ৪০/৫০ রোম কোল্ই চেকোং থুদিংদা হিজম অঙাহল সিংহগী শৈরেং অমা অনী য়াওই। অরাম্বম দরেন্দ্র সিংহনা ঈশৈ ইরগা কোঞ্জেংবম অতোয়াইমা অমসুং মাইসনাম থম্বোনা সুর পানবা কোংই। মুতুম ঝুলন সিংহগী বিজয় পঞ্চালী, দরেন্দ্রগী মোইরাং থোইবী নাটক অহু সেরিয়েল ওইনা কোংই। নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসভাগী মহা ওইনা হিষ্টরিকেল রিসার্চ সোসাইটি লিংখৎতুনা মচাক থিগৎপা কংই। মৈতৈ পুরানগী বা অমসুং

মচাক থিগৎপা ফংই। মৈতৈ রানগী বা অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগী লালওং থরা থরা তৌরকপা থেংনৈ। শ্রীবা কৌবা মশক তাক্কবা নিপা অমনা মণিপুরগী মপালদগী চাং নাইনা আর্টিকল কোংই। খ্বাইরাকপম চাউবগী কাগীগী বারেং স্বরেন মঙ্গল কাব্য হায়বদুসু কোংখি। শ্রীললিতা মাধব চেতর্জীনা অরাদা লৈকবদগী থিগৎপা অরাগী ইতিহাস মচেৎ থরসু কোংখি। অনৌবা শিক্ষা লৈরবা ইউনিভরসিটিগী ছাত্র কয়ানা ইংরেজী সাহিত্য মেডিকেল সাহিত্য অমসুং আইনগী মচাক হাপই। গান্ধীজী শ্রীনেহরুগী লমজিং কয়াবু মরিক চুন্না সমর্থন তৌদুনা কোঙই। মনিপুরী মুসলিম লাইরিক লাইগু হৈরবা অমা অনীনা ইসলামগী দর্শন মহম্মদগী বারী অমসুং আওরঙ্গজেবনা হিন্দুবু চৎথতু লান্দে হায়বা আর্টিকল চাং নাইনা কোংখি। কলচরগী মাইকৈদা মেগাজিন অসিগী শক্তি থরা ফংই।

মণিপুর সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা খৃ:১৯৭৫দা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা লিংবা মতমদা পত্রিকা অমা কোংদুনা ঈ পাউ শন্দোকপা বারেপ য়াওখি। চেকোংদুনা ঈ পাউ শন্দোকপা বারেপ য়াওখি। চেকোং অসি মশক লেপনবগী করিগুম্বা পান্নে অমত্তা ঐখোয়না ফংবা ঙমদে। খৃ: ১৯৩৫—৪১ দা লান মমাংদা শ্রীখোকচোম মধু সিংহনা ইডিটর ওইদুনা থা ৬/৬ তা কোংখি। চেকোং অসিনা হৌগৎলকপা মতমগী তৌখিবা সাহিত্য পরিষদকী থবক থওহল্লম্মী হায়নৈ। বারেপশিং অমসুং ভাষনশিংনা মপুং ওইনা শন্দোকখি।

মৈতৈ লৈমা— অখাম থম্বালঅঙৌ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা খৃ: ১৯৪১দা থাগী ওইনা ১/৩লক কোঙখি। মহারাজ বোধচন্দ্রগী শৈরেং অমমমসু চাং নাইনা কোংই। অতৈ লেখকশিংনসু সাহিত্যগী ইখি।

খোঙ্জেল – কলিকত্তা মণিপুরী ষ্টুদেন্তস ইউনিয়ন্না চহীদা অমুক পুথোক্লম্বা মেগাজিননি। খৃ: ১৯৪৬দা ইস্সু খরা ফোঙলমলগা তোকখ্রে। ইস্সু খরসিদ মৈতৈ মচাশিংদা নত্তনা মনিপুরগী চীংমী ছাত্রশিংনস্সু অমত্তা ওইবগী পুকচেল্দা ইবা অমস্সুং নোমখিবা উই। খৃ: ১৯৭৫ দা অমুক অমুক হিংগৎলকপা থেঃবৈ।)

নহারোল — খৃ: ১৯৪১ দা কলিকত্তাদগী মৈতৈ মচা লাইরিক তম্বা কাংবুনা হোৎনহুনা মনিপুরী অমস্সুং ইংরেজীদা নহারোল কৌবা পত্রিকা অমা ফোংখি। মরূওইবা মশিং খরা থোকখি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, কালিদাস নাগা অমস্সুং বেঙ্গলগী মমিং চৎপা কয়াগী পুক্নিং থিংজনহনখি।

জ্যোতি — মনিপুর সংসস্কৃত পরিষদকী মরূওইবা মুখ পত্রনি খৃ: ১৯৪৮ - ৪৯ দা থা অমমমগী ওইবা সংস্কৃত, সমাজ অমস্সুং সমাজ সাহিত্যগী আর্টিকল কয়া ফোংখি। অরিবম শিবদত্ত শর্ম্মনা লিংখৎপা চেফোংনি। শ্রীমীনকেতন্না অহানবা সম্পাদক ওইখি। মণিপুরগী মচীন তোংবা মীওই পুম্বা ইবা য়াওখি। ইমালোন থাগী (১৯৭৮) বাসুদেব শর্ম্মনা সম্পাদন তৌহুনা চুড়াচান্দ প্রেসতগী ইস্সু ১/২ ফোঙখি।

ঐখোয়না কংবা ললিত মঞ্জরী হস্সু পাবদগী খঙবদা শ্রীললিতা মাধব চেৰ্তজিনা সম্পাদক ওইহুনা থা ৬/৩দা শ্রীগৌরাঙ্গ কৌবা চেফোং অমা পুথোকখি। নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসভাগী মুখ পত্রনি খৃ: ১৯৩৪দনি। চহী অসিমক্তদা ছাত্রমচা কৌবা মেগাজিন অমস্সুং নহারোল ছাত্রসিংনা ফোংখি।

ভাগ্যবতি মাসিক অমস্সুং ভাগ্যবতি লালঙ কলা চেফোং অনী অসী থা অমমমদা শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মনা সম্পাদক ওইহুনা খৃ: ১৯৪৬ তা ফোঙখি। অহানবগীনা সাহিত্য অমস্সুং কলচর অনীগুবনা ঈশৈ অমস্সুং জগোয়না ওইবা মেগাজিন্নি মতম খরা হিংখি।

মথক্কী মতম অসিদা কোঙখিবা কয়া তুং কোইদে। সরকারনা শোগৎপগী মওং উদে। পাবিনবা মীওই ইলৈ লৈরমদে। খবর অমসুং মেগাজিন য়োনবা হুকান মশিং শুপলৈ লৈতে হায়বা য়াই। হৌজিক্কী হবাগাড়ী. বস অমসুং খবর পাব্রকম কোতেল মতম অসিদা য়ামদ্রি। ছাপা নম্বকমসু থুদোং চাদবনা থুংনা ইরগা লিখোডতা কোঙবা মেগাজিন য়াম্না কোংখি। শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মাগী চুরাচান্দ প্রিন্টিং প্রেস অসি মণিপুরগী ছাপা নম্বগা ইতিহাস অমসুং জর্নেলিজমগী ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওই। শ্রীশর্ম্মাগী লাইরিক য়াম্না কোংহুনা মতাং চানা মপানলোমদা মণিপুরবু খংহল্লম্বাস ছাপা নম্বকমসিগী মপাম্রনি। গভর্ণমেন্ত প্রেসতা সরকারগা মরী লৈনবা কোংই। ক্রিস্তিয়ান মিশনশিনা ধর্ম্ম শন্দোক্নবা প্রেস লিংখৎপসি ভারতকী মফম অতৈদা তৌরবসু মণিপুরদদি কংদে।

## মণিপূরী জর্নেলিজমগী শরুক অমা।

### ( মণিপুরগী রাংমদা থোকপা চেকোঙশিং )

মণিপুরগী রাংমদা কবোতম্পাক আসামগী ডিব্রুগর শিবসাগর নগাও গৌহাটি কছার শ্রীহট ত্রিপুরাগী অগরতলা বেঙ্গলী নবদ্বীপ ইউপিগী মথুরা বৃন্দাবন অমসুং রাধা কুণ্ডদা মৈতৈ কয়া তারি। প্রেস জর্নেলিজম অমসুং মৈতৈলোনগী মনীং তম্বা জর্নেলিজম থোক্লকপদা অহানবা থুমাং চাউশিনর্বাস মপানলোমদগীনি। নিংথৌগী সাসন ওইরিবৈ অমসুং ব্রিটিশনা চুপলি পায়রিবৈদ নিংতম্বা কোংবগী আছা অসি লাপ্পা লৈখি। নোচুপকী শিক্ষা লাক্লবদা চেকোংগী মওং অদু শিলেত শিলচর অমসুং ডিব্রুগড় দা তাবা মৈতৈ মচাশিং অমসুং মফমসিদা লাইরিক তম্বা চৎপা মৈতৈ মচাশিংনা অহানবা উবা ফংখী।

মণিপুরগী বাংমদা কবোতম্পাক আসামগী ডিব্রুগর, শিবসাগর নগাও, গৌহাটি, কছার, শ্রীহট্ট, ত্রিপুরাগী আগরতলা, বেঙ্গলগী নবদ্বীপ, ইউ-পিগী মথুরা, বৃন্দাবন অমসুং রাধা কুন্দদা মৈতৈ কয়া তারি। প্রেস জর্নেলিজম অমসুং মৈতৈলোনগী নীংতম্বা জর্নেলিজম থোকললকপদা অহানবা থুমাং চাওশিনবসি মপান-লোমদগীনী, নীংথৌগী সাসন ওইরিঙৈ অমসুং ব্রিটিশনা চুপলি পায়রিঙৈদা নীংতম্বা ফোংবগী আছা অসি লাপনা লৈখি। নোংচুপকী শিক্ষা লাক্লবদা চেফোঙগী মড অতু শিলেত, শিলচর অমসুং ডিব্রুগরদা তাবা মৈতৈ মচাশিং অমসুং মকমসিদা লাইরিক তম্বা চৎপা মৈতৈ মচাশিংনা অহানবা উবা ফংখি। অরিবা লামায় য়েংলুবদা মতমসিগী ঈ-পাউ অমসুং মমল খরা ভাবনা শাবা ঙমগনি।

মমালোন অমসুং মরৈবাকপু মুংশিজবা মিংচৎ পুখতনিংবা অমসুং সভ্যতাগী শরুক য়োকখৎনবা কেন্দ্র কয়া মণিপুরগী মপানদগী থোক্লকখি। মখোয়না ফীবম ওইখিবনা ঙসী ঐখোয়না মণিপুরদা মৈতৈলোনগী চেফোং মশীং থিঙমদনা উরি। খৃঃ ১৯১৭-১৮ সিরাইদা থুংনা ইবা মৈতৈ লৈমা হায়বা মেগাজিন অমা থোকখি। মসিনা মণিপুরী জর্নেলিজমগী অহানবা থোঙদাবনি। মতম খরদং হিংদুনা লৈরম্মী। খৃঃ১৯২৪ বা প্রতাপগড়দা লৈবা মহেন্দ্রসিং এমঃ এ, বিঃ টিনা জাগরন পত্রিকা সম্পাদন তৌদুনা মমালোনদা চেফোং থোকহনবগী মচাক পীখি। খৃঃ ১৯২০ দগী মপানদা লৈবা মৈতৈ মচা ছাত্রশিংনা থুংনা ইবা মেগাজিন অমা পুথোকখি। মথংদা হীজম ইরাবত সিংহনা মৈতৈ চনু থুংনা ইদুনা পুথোকখি। অসিদগী মণিপুরদা ছাপাদা ফোংবা খবরন-চিংবা তোয়না থোরক্লে। চেফোংশিংগী মসিংনা তাকপদি অহানবা ওইনা মৈতৈলোনগী য়াকাইরকপা অমসুং মণীপুরী লোনবু মশক উহনবা ওইনা তোঃ।

লাল মমাংদা কোঙখিবা চেফোং কয়া মণিপুরগী মপান্দা উরবস্থু খিবা কংনস্ত্রে অমস্থুং নিংশিংনস্ত্রে মরম কয়ামুক্তা চাওথংহনবা ঙমখিদে। হৌজিক্তা মপানগী মণিপুরীদা চেফোং অসি ইম্ফালগী মণিপুরী সাহিত্য চাওথংপদা উৎসাহ ফংখিবনি। মৈতৈ মচাবু বাংলা থন্দবা মহৈ মশিং অমস্থুং থবক্কী সমস্যাদা অকনবা বেঙ্গলী শক্তিদগী মৈতৈগী মশক উৎনবা জনে´লিজম্না অচৌবা থৌদাং লৌরী। মপান্দা ফোংবা মৈতৈলোনগী চেফোংদা বেঙ্গলীগা য়ানশিন্নবা ফংই। মৈতৈ মযেক্তা ছাপা তৌবগী মতাংদস্থু ঙমনস্ত্রী। মণিপুরদা থোক্কবা তৌইগুম্বস্থুং কছার, ত্রিপুরা অমস্থুং শ্রীহট্টনচিংবদি থোকপা অকনবা ঘতনা অমা মৈতৈ ১স্থুং বিষ্ণুপ্রিয়াশিং কাংলুপ অনিসিদা ফংই। অহানবদা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংন মণীপুরী কাংবুদা য়াওনিংলবস্থু হৌজিক্তি চোংথোকস্ত্রে। কাছার, অগরতলা অমস্থুং গৌহাটিদগী বীষ্ণুপ্রীয়া লোন্দা গোধুলী যাত্রিক, চীত্রাঙ্গদা থা ৩´৩গী চয়োলদা অমস্থুং চয়োলগী আমার পৌ ফোংহনা থবক চংথৈ।

সভ্যতাগী সাহিত্যদা বিষ্ণুপ্রীয়াশিংগা লান তৌইনা তৌনৈ। মৈতৈগী চেফোংশিং অসী মণিপুরীদা ভক্তি লৈবা মৈতৈ সাহিত্যবু সেবা পামজবা অমস্থুং লাপ্পবা লমদমদা মৈতৈ ইনাং অমস্থুং লাইনিং লাইশোল মরা তাহনবনি।

তথেল—হৌজিকমক ত্রিপুরাগী আগরতলাদা মৈতৈলোন্দা ফোংবা পাও চে ফজনা চৎথরি। ইম্ফাল অমস্থুং মণিপুরগী মমিং চৎপা কলচরেল ওর্গনাইজেসন পুম্বনা গ্রাহক ওই।

মনিপুরগা তথেলগা মহৌশাগী মরি থম্নরকই। মৈতৈগী ঈনাং অমস্থুং শক্তম মপানদা শনদোকপদা তথেলগী নিংথৌ অমস্থুং মৈতৈ প্রজাশিংনা থৌদাং অচৌবা লৌরকই।

হৌজিক ত্রিপুরাগী আগরতলাদা মৈতৈলোন্দা কোংবা চয়োলগী পাও চে মরুপ কৌবা (১৯৬৮) অমা ফজনা চৎথরী।

চে অসিগী সম্প্যাদক রাজকুমার কমলজিৎনা ইং ১৯৭৭ অমসুং '৭৮ শরতকী ঈচেল কৌবা মেগাজিন অমদা ব্লোক, ফোটো অমসুং বেঙ্গলী হাপই। কলচরগী মায়কৈদা শীংথানবা য়াবা পোংশক অমা ওইনা থোকহনলি। ইম্ফাল অমসুং মণিপুরগী মমীং চৎপা কলচরেল ওর্গনাইজেসন পুম্বনা গ্রাহক ওই। ত্রিপুরা চে অমসুং লম্বী কৌবা চয়োলগী খবর অনীথকসু মৈতৈলোন্দা ফোঙলী।

কাছার— কাছারদদী জর্নেলিজমগী মপাঙ্গল অসী নীতিগী অমসুং চয়োলগী চেফোংদা ওইদে। মেগাজিনদনা মরু ওইনা চৎথে। কাছারদা মৈতৈ লাইনিং লাইশোল লোন ফজনা পুথোক-লমবসি নাওরিয়া ফুলোননী। লাইনিং অহনগী থোংচৎ অসি করি অমত্তা কায়দনা মাগী কাংবুনা চৎথরী কছারদা মতম খরদং হিংলমলগা ফোংখিদবা, ইরাৎ, বিজয়া, ঐথোয় পত্রিকা, (শেরাম রাধামহন্না সম্পাদন তৌবা) অমসুং মতমগী পাওতাক, এস, ব্রজশ্বেরন সমপাদন তৌবা নিংশিংবা য়াই।

হৌজিকমক্তা ফোংলিবা মৈতৈলোনগী চেফোঙ খরসি কাছার জিলাদগী মফম খরদা কৎই।

থা ৩/৩গী চেফোঙ

(১) নোংপোক মৈরা সম্পাদক ওইবা শ্রীচন্দ্রসিংহ বি.এ, (অনস) বনীপরা, শিলচর খৃ: ১৯৭৩ দা অহানবা ইসু ফোংখিবা চেফোঙ অসিমত্তা হৌজিকমক হিংলি।

(২) চৈজিং এস, বাবুসনা সিংহ মতম খরদং হিংলম্মি।

(৩) অনৌবা ঈচেল সম্পাদক মতম খরগী ওইবা—

শ্রীচন্দ্রসিংহ হৌজিকনা গৌরচন্দ্র সিংহ মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ কাছার মশানা কোংবা খৃঃ ১৯৬৮দা অহানবা কোংথি।

থা ২,'২গী চেকোং।

পান্থা, সমপাদন তৌবা শ্রীচোংথাম গৌর সিংহ, মণিপুরী লিটরেরী ফোরম, পালারচন্দ কাছারনা কোংদোকপা ১বা কোংবা মার্চ ১৯৭১।

মণীপুরী লোনগী জর্নে'লিজম নৈনবদা মথোয়সী পনত্রবদি মপুং ফাদে। মফমশিং অসিদা থোরকপা মৈতৈগী লেখকশিংগী কবিতা বারীমচা, এসে (রচনা) উপন্যাসনচিংবা কয়া জর্নে'লিজম-শিংগী লামায়দা উবা ফংই। বাঙ্গলা সাহিত্য চাওখৎপা অমসুং লোনবা মীওইগী লমদা থোকপনা চেকোংশিং অসিগী দায় লৌবীবা মী থুদিংমক মমুৎতানা বাঙ্গালী হৈবা বাঙ্গলাগী লেখক কয়াগী প্রভাব উবা ফংই। মৈতৈগী অকন অথৌ কয়াগী মগুণ বেঙ্গলী লোন্দা বারেং, শৈরেং কয়া ইহুনা কোংই।

গৌহাটি—আসামগী মরুওইবা সহর অসিদা মণিপুর রাজবাড়ী অমসুং মৈতৈ তাবা খুল লৈ। মহৈ মশিং তম্ফমশং অমসুং মরুওইবা রেল ষ্টেসন ওইখিবনা মফমসিগা মণিপুরীশিংগা ঙীরম কয়াদা মরী লৈনৈ। মণিপুরী মচাশিং মহৈ তম্বা চৎখিবনা চহিগী পুথোকপা চেকোংশিংদি অতোপ্পা মতাংদা পল্লে। মসিদা উৎনিংলিবদি মতম কুইনা মফমসিদা লৈরক্লবা মৈতৈশিংনা জর্নে'-লিজমগী থোংদা খোদাং পীরকপহনি। ধুম্ব্রোয়না মৈতৈরোনগী খবর অমা খৃ: ১৯৭০দগী থাথায়দা পুথোকলকখি। ভারত ইমা কৌই। লামায় মচা অনৌথক পাল্লী। হৌজিক্ত পাক্লা লামাই অমদা ফোঙই); ইংরেজী অমসুং মৈতৈলোনগী মফম থাকই। বিষয়দি আসামদা থোকপা ঈ পাউ, মপালগী লমদমদা লৈবা মণিপুরীশিংগী অবস্থা, সমস্যা অমসুং মণিপুরগী ইতিহাসকা

নরুবা হারী কোঙদোকই। চেকোঙ অসি চাওখোকনবা অমসুং থেংনা কগৎনবদা মণিপুরীশিংগী দায়িত্ব য়াম্না চংই হায়না প্রজাতন্ত্র খবরগী চহি ২৬ মপুং ফায়কপগী নীশিং চেকোং ঐহাকনা অইবা ওইনা মত কোঙদোকখি।

বাংলাদেশ—বাংলাদেশ হায়না খোকখিবা অনৌবা দেশ অসি মহৌশাদগী ঐখোয়গী লমদমগা মরী নকনরকই। নোং-পোক বঙ্গদেশকি সংস্কৃতি মওং অসি নোংচুপথংবা ঋীরিঘাটলোমগা কয়া নকশিন্নৈ। শ্রীহট্টতা ফংলম্বা লাইনীং লাইশোল, সাহিত্য অমসুং চৎনলোন কয়া মণিপুর তম্পাক য়ৌশিনলকপা ইতিহাসনা প্রমাণ পীরি। ঢাকা অসি মতম অমদা মৈতৈ মচাশিংগী মহৈ তম্ফম ওইরম্মী। চহি ৭ থুম্তাকপদা চেনখিবা মণিপুরী মচাশিং মৈতৈ, পাঙন, রাজকুমার, বামন অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়া কয়া বাংলা-দেশগী মফম কয়াদা শম্লোকখ্রি।

পাকিস্থানগী শরুক অমা ওইনা খোকখিবা মতমদা মফমসিগী মণিপুরী মচাশিংগা মমালৈবক্কা মরী থম্নবা ককনখি। ঈ পাও থানবা পনখি। নোংচুপ পাকিস্থানগা মরী তোকনদুনা মনীং-তম্বা লৈবাক অমা খৃঃ ১৯৭২ দা ওইরকপদগী মফমসিদা লৈবা মৈতৈশিংগী ঈ পাউ থানরকই। পুজারী কোবা চেকোঙ অমা সাহিত্য সংসদ তপোবন লামারাজারদা কোঙদোকই। দিপানিজা কোবা চেকোঙ অমসু সিলেট বাংলাদেশতা কোঙবগী ঈ পাও মৈতৈ খবরশিংনা শম্লোকই। ঈহৌ অসি থাগৎনিঙাই ওই।

[ তৌইগুম্বসুং কপী মশক উদুনা নৈনবদি ওমত্রি। ]

(৩) মণিপুরদা জনে'লিজম চাউথৎলকপা
( ১৯৪৯—৮০ )

চহি ৩০ ( ১৯৪৯—৭৯ ) অসি মণিপুরদা জনে'লিজম

চাউখৎপগী মথক্তা অমুক হেন্না চাউখৎপগী যুগনি। ২ শুবা লাম্লাওগী মতুংদা প্রজা পুম্বা লান হুম্জিল্লক্‌্না অনৌবা পুল্জি ফংবা সরকারগী ক্ষতিপুরন ফংবা অমসুং অর্থিক অবস্থাদা নংদবা মতমনি। মণিপুরগী রাজনিতি দল ওইনা থরক তৌবদা নিখিল মণিপুরগী হিন্দু মহাসভানা ভারত জাতিয় কংগ্রেসতা চংশিনবা ভারতগী ইংরেজশিং থাদোক্ক্‌্না চংখিবা, মণিপুরগী নিংথৌনা ভারত পুনশিনবগী সহি তৌনবা অমসুং রাজনিতিগী মাইকৈদা অহোংবা কথাম্লু খৃ: ১৯৪৯ ৫০ দা থোকখি। ইংরেজি শিক্ষা ফংবা তমগী মৈতৈ মচাশিংনা রাজনীতিদা জ্ঞান চংশিনবা অমসুং চেক্লোংগী কান্নবনা লৈবাক্তা সাসন কহনগনি খনবা ওইখি। মতম অসিদা মণিপুরনা মশাগী মনিংতম্না নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরম্বা অদু মাঙলুরগা, মথং মথং হোঙসক্ক্‌্না অমুক আইন সভা লৈবা মপুং ফাবা ষ্টেট হাইবদু ওইরকখি। খৃ: ১৯৪৯ দগী হোংলকপা চেক্লোংগী পাউজেল চে, চয়োনগী চে, থাগী মেগাজিন অমসুং নীংশিং চেক্লোংনচিংবা কয়া হোংদোকখি। মখন মথেন কয়া থোক্ক্‌্না অম্রেংববু ওকহনখি। খৃ: ১৯৫০ দগী হৌজিক ফাউবদা লেপ্লুবা চেকে ও কয়া উবা ফংই। মতম থরদং হিংলমলগা হোংবা ওমদহুনা ঈচেল লেপখিবসু তোইনা তৌই। খৃ: ১৯৪৯ ফাউবদা মমাং কয়াদগী হোংলকপা ভাগ্যবত্তি পত্রিকা (নিতিগী চে) পরিষদ পত্রিকা, জ্যোতি (থাগী চেক্লোং), ওসি (চয়োনগী চে), প্রজা (চয়োনগী চে), প্রজা (মুংতিগী) লৌমি, শিল্পী অমসুং লাম্মা (এল অচৌশিংনা কংগ্রেসতগী তোক্লগা সোস্যালিষ্ট মাইকৈদগী হোংখিবশিং) হাইবা জর্নেল মথন কয়া উবা ফংই। রেকোর্ড তশেংনা ফংলিবা নিতিগী চয়োনগী অমসুং থাগী ওইবা মণিপুরদা হোংবা চেক্লোঙ থরগী মমিং মথাদা পনলি। নিতিগী পাউজেল চে

( মৈতৈলোন ) শসি-কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা ইডিটর ওইদুনা ওসিগী মমিংমক্তদা পার্মিত পীদুনা খৃ: ১৯৫০ দগী কোংবা। (মসিগী মমাংদা চয়োনগী চেকোং ওইরম্মী।)

( ২ ) প্রজাতন্ত্র—শ্রীএল, জয়চন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা স্বরাজ প্রেসতগী খৃ: ১৯৫০ দগী কোংলকপা। (মণিপুর কংগ্রেসকী চেকোং ওইনা ঐইচ. রনবীরসিংনা খৃ: ১৯৪৭ তগী চয়োনদা প্রজা কোংখি। সরকারন থিংখিবদগী প্রজাতন্ত্র কৌদুনা নিংতিগী ওইনা খৃ: ১৯৫০ দগী কোংখি। মণিপুর কংগ্রেসনা হোংনদুনা চপাইবনি। শ্রীএল, অচৌ সিংহ, তোম্বা, খাইরাকপম গিরী সিংহ, সমরেন্দ্র সিংহ, য়াইমা অমসুং আর, কে, মাইপাকসনাচিংবা মথং মথং ইডিটর পুখি।

(৩) অনৌবা সমাজ—শ্রীবিজয় সিংহনা অহানবা সম্পাদক ওইদুনা খৃ: ১৯৫৪ দগী কোংখি। মথংদা শ্রীগৌরহরি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চংথরি।

(৪) সীমান্ত পত্রিকা—শ্রীএন, বীরেন্দ্রকুমার সিংহদা অহানবদা মথংদা আর, কে, রনবীর সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা খৃ: ১৯৬৪ দগী কোংবা। হৌজিক কংগ্রেস (আই) গী ওইদনা কংগ্রেস (ও) গী ওর্গেন ওইরি।

(৫) খোল্লাউ—শ্রীখিয়াম মেঘচন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা কোংবা। ( খৃ: ১৯৬৪ )।

(৬) সনা লৈবাক—শ্রীবাই য়াইমা সিংহনা অহানবা সম্পাদক ওইদুনা কোংবা। হৌজিকী সম্পাদক চাঙ্গম মনিহার সিংহ এম: এল: এ: ( ১৯৭৩ )

(৭) ঈহৌ—শ্রীশ্যামকহ্নাই সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা হৌরকপদা কোংলম। ( খৃ: ১৯৭৩ ); হৌজিকমকী সম্পাদকতি এন, সরতচন্দ্র।

(৮) অনৌবা মনিপুর দেলি—শ্রীঙাংভোম্ মহেন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইখিবা ( খৃঃ ১৯২৬-৫৬ )

(৯) যাদর মণিপুর—প্রহ্লাদ সিংহনা মথংদা ইন্দ্রমনি সিংহনা সম্পাদক ওইখিবা ( ১৯৫২-৫৩ )। শ্রীইন্দ্রমনিনা ঐখোয় মনিপুর ( ১৯৬৯-৭০ ) দা সম্পাদক ওইদুনা ফোংদোকখি।

(১০) মনিপুর জনতা—৺শ্রী ইবোহল শর্ম্মানা ইডিটর ওইদুনা মরক মরক্তা থোকখিবা ( ১৯৬৯-৮০ )।

(১১) জন্মভূমি—শ্রীআর, কে; মাইপাকসনানা সম্পাদক ( ১৯৫৯ )

(১২) মৈত্রবাক—শ্রীএম কমল সিংহ চয়োনগী ওইরম্বদগী মুংতিগী ওইদুনা অমুক অনিরক ফোংখিবা ( ১৯৭০-৭১ )

(১৩) নাগরিক পন্থ শ্রীকে ব্রজমোহোন দেব শর্ম্ম ( ১৯৭৪-৭৮ )

(১৪) পাউজেল—শ্রীএল বিরেন্দ্রকুমার ( ১৯৭১ )।

(১৫) হুইয়েল লানপাউ—সলাম ভারতভুষন খৃঃ ১৯৭৮ তগী ফোঙবা।

(১৬) পাথৌ—সম্পাদক মাইসনাম মধুমঙ্গল সিংহ ( খৃঃ ১৯৭৬ )।

(১৭) চীংতম—মণিহার গোস্বামিনা খৃঃ১৯৭৩ দগী লেপ্তুনা ফোঙলক্লিবা মণিপুরগী নৌনা শেমলবা চীংতম পার্টি মথংদা জনটা পার্টিগী মুখপত্র-।

(১৮) আর্য্যভট্ট থোকচোম রঘুনাথনা খৃঃ ১৯৭৭ দগী কংগ্রেস ( আই ) গীদমক ফোঙলম্বা।

(১৯) মণিপুর নিউজ—ব্রজমনি সিংহ খৃঃ ১৯৭৮ অমসুং ১৯৭৯ দা ইস্যু থর ফোংবা।

(২০) পোক্নফম—সম্পাদক অথোম ইবোমচা সিংহ

( ১৯৭৫,১৯৭৮ )

(২১) পম্বুং- টি, গুনধ্বজনা কংগ্রেস ( আই ) তরভগী খৃঃ ১৯৭৮ দা ইস্নু থরা কোঙখিবা ।

(২২) গান্ধীবাদ—খৃঃ ১৯৭৫ দা কে'ঙলম্ব মণিপুরী ছিনদী থবর লেপখরে ।

(২৩) জনতা—এল ইবোয়াইমনা খৃঃ ১৯৭৭ তগী জনতা পার্টিগী ওইনা কোঙবা ।

(২৪) মীওইবা—মোলেক্যন শর্ম্মানা খৃঃ ১৯৭৮ দগী কোঙবা

(২৫) লৈশেম্বা—জয়কুমার সিংহনা খৃঃ ১৯৭৭ তগী কোংবা

নিংতিগী পাউজেল চে, ইংরেজি ১দি মণিপুর অরবিটর—শ্রীপাউনম অচৌ সিংহনা ইডিটর ওইদুনা মণিপুরগী অহানবা ওইনা কোংখিবা (১৯৭১-৭২); ২। ডি ইষ্টর্ন ষ্টৈনদর্দ—শ্রী-এস নৈলেন্দ্র সিংহনা ইডিটর ওইখিদুনা হৌজিকমক কোঙলিবা। অহানবদা চয়োনগী চেকোঙ ওইরম্বদগী খৃঃ ১৯৭২ দগী নিংতিগী ওইনা কোঙবা। চয়োনগী পাউজেল চে (মৈতৈলোন) ১। মণিপুর সরকারগী চয়োলগী চেকোঙ শ্রীএন খোমদোন সিংহনা থাথায়গী ওইরম্বদগী চয়োনদা খৃঃ ১৯৭২ দা ওম্লোকদুনা কোংখিবা। ২। পনথুং—ইরাবত সিংহনা সম্পাদক ওইবা (খৃঃ ১৯৬৯-৭০); ৩। অনৌবা মণিপুর—থোকচোম বীর সিংহনা কোংবা (খৃঃ ১৯৩৯-৮০); ৪। বারেং—শ্রীএল নবচন্দ্রনা সম্পাদক তৌবা ( খৃঃ ১৯৭৮); ৫। অনৌবা মণিপুর—পি, ধনকুমার ইডিটরনা ( ১৯৭৮ ) মুংতিগী ওইরম্বদগী কোংদোকপা; চয়োনগী পাউজেল চে ( ইংরেজী )—১। দি ইষ্টর্ন এক্সপ্রেস—শ্রীএন বীরেন্দ্রকুমার অমসুং এল যোগেশ্বর সিংহনা মথং মথং ইডিটর ওইদুনা কোংখিবা থবর ( ১৯৬০ )। ২। মনিপুর তাইমস—শ্রীএন তোম্বী সিংহনা

অহানবদা মথংদা আর, কে, ঝলজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ফোংখিবা চেফোং ( খৃঃ ১৯৬০-৬৮ ) ( ৩) রেজিস্তেন্স—থৌনাওজম তরুনকুমারনা খৃঃ ১৯৭৫ দগী হৌনা চাং নাইনা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী চেফোঙ ওইনা নৈবাকপোকপা থুদিংদা ফোঙবা, ( ৪ ) ফ্রন্টিয়র ক্রোনীকল—ফ্রনটিয়ার টাইমসকী ইডিটর ওইরম্বা শ্রীএন তোম্বীনা চয়োনগী ওইনা মখিং ওনলগা খৃঃ ১৯৭৮গী নবেম্বরগী ২শুবা চয়োনদগী ফোঙলকপা।

( ৫ ) মণিপুর হেরালড—Ayo Wolleng না ইম্ফালদা ফোঙবা, ( খৃঃ ১৯৭৬ — )।

থাখাইগী ( মৈতৈলোন )

১। মণিপুর সরকারগী থাখাইগী চেফোং—শ্রীকে কামিণী অমসুং এন খোমদোন সিংহনা মথং মথং সম্পাদক ওইদুনা ফোংখিবা ( ১৯৬০-৭২ )। ২। যুগকী ঈচেল—শ্রীইরোম চন্দ্রহাস সিংহনা ফোঙবা ( ১৯৭১-৭২ )। ৩। ঐখোয়গী নৈবাক—ভারত সরকারগী পিঃ বিঃ আইঃ ইম্ফাল ব্রাঞ্চনা মৈতৈলোন্দা থাখাইগী ওইনা ঈ পাউ শন্দোকপা খৃঃ ১৯৭৭ দগী লেপ্তুনা ফোঙলক্লি। থাখাইগী চেফোং ( ইংরেজী )-১। দি হীল মোনিটর—এন লুংদিম্বা ইডিটর ওইনা থাখায়গী চুড়'চানদপুরদগী ফোংবা ( খৃঃ-১৯৭০ ); ২। সাইক্লোন—শ্রীময়াঙ্গম সরত সিংহনা ইডিটর ওইদুনা খৃঃ ১৯৭৫-৭৭ তা চলাইরম্বা চেফোং।

মৈতৈগী থবরশিং অসি য়ামথোক্পগী মরুদি রাজনীতি দলশিংনা মথোয়গী ঈ-পাউ শনদোকনবা লিংখৎখিবননি। পার্টি অমনা চলাইবা থবরনা অমগী বা শনদোকপা য়াদবা অমসুং তাংবা য়াদবদুনা পাউজেল চে থম্লবা কল্লা হেৎনথি। পারিবা মীওইসু পার্টিবু য়াবা মীওইনি। ইরিবা পোৎশক পার্টিদগী ওল্লবা চৎপা য়াদে। নিংতম্বা চলায়বা মউ লিংবা

খবর কংবদা বানা থোকই। সীমান্ত পত্রিকা, মণিপুর টাইমস, মণিপুর আরবিটর খবর অহুম অসি ভারত জাতিয় কংগ্রেসপু সমথর্ন তৌবা মণিপুর কংগ্রেসকী চেনি।

খবরশিং অসি চয়োনদগী নোংমদা ওনবা, কুইনা কোংদনা লৈবা কংই অমস্তুং মীংয়েং পাগ্না লৌশিনবা ওইদে। ইম্ফাল অমস্তুং অকোয়বা খরগী ঈ পাউদনা মপুং ওইনা হাপই। চীংগী ওইবা পাউ লৌনবা অমস্তুং মণিপুরগী মফম শিনবা থুংনা পাউমী থম্বা ঙমদে।

রেডিও. পি, আই, বিগী পাও অমস্তুং ইংরেজীগী চেকোংগী পাউ হন্দুনা হাপ্পা কংই। থাদোক থাজিনগী মতাংদস্তু নিংবা থংদবা কংই। গাড়ি চেনদবা, নোংচুবা কানদা নোংমগী খবর মণিপুরগী মফম শিনবা ঙমদে। কাছার লম্বী শেম্নবদা ইম্ফালগী খবর অসি ঝীরিদা ফংবদা নোংমা চংই। চেংকাং অয়াম্বা লামাই অনি নত্রগা মরিদগী হেনদে অমস্তুং সাইজস্তু য়াম্না পীক্না কোংনৈ। নীংতিগী অমস্তুং অতৈ পাউজেলদা লামাই মশিং য়ামদে। চেগী সাইজ চাউথংপদগী মমল হেনগংপগা লোইননা কংই। অহানবা লামাইদা ঈ-পাউ, অনিশুবা লমাইদা ইডিটোরিয়েল, চিঠিগী কলম, অহুমশুবদা অদভরটাইজমেন্ট অমস্তুং অরোইবদা সিনেমা অমস্তুং ড্রামাগী পাউ উংলি। পার্টিগী ঈ-পাউ, খবর মশেন চৈন্নবগী মফমস্তু উদবা নত্তে। কমেন্ট অকবা তাংই। ঈচেল লেপপ্রবা ঙসি খবরদা মুপী অঙাংগী লামাই, আর্টিক্রেটিকী মত, হীনদিগী শরুক উথি। হৌজিকস্তু খোললাওদা খোংনাংথাবগী মফম সংস্কৃতিগা লোয়ননা কোংই। কাগীগী মতাংদা ঙসিদ, কীট, সীমান্তদ কাগী বাবা অমস্তুং নোকথেম ব; অনৌবা সমাজদা তাংতন্ত্র, প্রজাতন্ত্রগী আবুজাম্বা অমস্তুং বীজানদো মতম মমদা উবা ফংথি। মনিংতম্বা নিংতিগী

খবর জন্মভূমিদা বীজানদো অমসুং বা মচং হায়বা কলম ফংই। মথংদা ফিরান অমসুং অচুম্বনা লাকচরকই হায়না থাজনা কোংই। মরক মরক্তা পাঞ্জিশিংনা রাশি কল হাপ্লা মশক হায়গী অমসুং হৌজিনকী মৈতৈ খবরশিংদা চৎনৈ। মমিং চৎপা পাঞ্জি হৈবা মীওইবু খবরগী কাংবুনা তিম্নজনা তুংগী চৎনগদবা অমসুং মৈতৈ লমগী হৌনবী কয়া লাউথোকনবা মকম থরা থাকপা অসিনু মৈতৈগী খবরদা তৌনৈ। খবর পুম্বদা মৈতৈলোন অমসুং ইংরেজী লোন অনি ফোংই। নাগরিক পন্থদা হিনদিলোনগী লামাই উই। সরকারগী অমসুং ললোন ইতিকী এডভরতাইমেন্ট হাপ্পনা খবর কুইনা হিংনগী লম্বী ওই। সরকারগী শনদোকপসি ফংনবা খবরগী সম্পাদকশিংনা ওম্বমখৈ পাউ হোৎনৈ। অফবা খবরগীদমকত্তা সরকারনা মনা পীবা ওসি কাওবা ফংদে। ইন্দসত্রি দিপার্টমেন্টতগী লোন লৌজনা খবর চৎথবদি ফংই। পাউদনা খবরগী কান্নবা ঙাকপা য়াদবনা অথং অহৈ কয়াগী কলম অজু খবরদা তাহনবা চুমই। কান্নবা ফংবা থুংই অজু লৈদনা পারিবা মীওইনদি চাউখৎনিংঙাইনি। খবরগী মরমদা চংবা অদ, দরকার লৈবা মীনা কিরক্লোইদবনি। মনিংতম্বা চেকোংনা সাধরন প্রজাগী ফোংদোকপদা থ্বাইদগী থুদোং চাই। সম্পাদক অমসুং পার্টিগী ওহাক ওহাক্তা ওইরিবা ফিভমগা মরী লৈনজ্রবদি ফোংদোকপা ঙম্লোই। ফীল্ড অয়াম্বা য়াওহনবা জগৎকি মরী লৈনজ্রবদি ফোংদোকপা ঙম্লোই। ওইবা থোদোক চিংথবা অমসুং ইবিনবা মতিক চারবদি মৈতৈগী জর্নেলিজম মতিক চেন্ন ফগৎকনি। পার্টিগী প্রভাব য়াউদবা পাউ চুম্না ফোংবা নিংতিগী চেকোং, চয়োনগী অমসুং থাখাইগী খবর মশিং য়াম্না হেনগৎপদা লৈবাকী মঙ্গল ওইগনি।

পোলিটিকেল পার্টিনা পৈশা পুথোকতুনা চলাইবা অমসুং খবর নম্বা মণিপুরদা ফংই। খবরগী থবকতা ত্রেনিং তৌবা অমসুং

শেমগৎ শাগৎপাগী ওইবা মীওইবু সম্পাদক ওইহনবসু অমসুং খবর ইহনবা নস্তনা পা'টিগী খবক তৌরকপা মীওইবু খবরগা শমহল্লি। কম্যুনিষ্ট পা'টিনা অনৌবা মণিপুর অমসুং খোল্লাও খবর কোংই। হৌজিক কাউবদা ভারত কম্যুনিষ্ট পা'টি অমসুং রুশিয়াগী নীতিবু শন্দোক্লি। ভারত জাতিয় কংগ্রেসকি ওইনা মণিপুর শাখানা সীমান্ত পত্রিকা লাইরি। প্রজাতন্ত্র খবর অসি কংগ্রেসপু সমর্থন তৌরম্মী। কংগ্রেস ও, সাসক দল ওইরম্বা এম, পি, পি, অমসুং হৌজিক্লা কংগ্রেস অমসুং এম, পি, পি, বু সপোর্ট তৌই। মথংদা জনতা সরকারবু তৌই। অনৌবা সমাজ খবর অসি P. S. P. গী ওইনা হৌরকই। সোশ্যেলিষ্ট পা'টি কাইরকপা মতুংদগী হৌজিক কাওবদা মণিপুর সোশ্যেলিস্ত (লোহিয়া) কাংবু শোগৎপা খবর ওইরি। পাউজেল খবর অসি মতম খরদা এম, পি, পি, সোগৎলম্লবসু হৌজিক্তা মনিং তম্বা মশক শেংজবা প্রজাগী ওর্গেন ওইবে। পান মণিপুরদগী চোংথোরকপা মাওইনা কংলৈ। লীগ দল শেবই। দল অসি মণিপুরগী সমস্যাদ পূর্বানিং হেল্লা পীতুনা ঈহৌ খবর অমুক কোংলকই। খৃ: ১৯৭৪ গী ডিসেম্বর থাদা থাখাইগী মনিং তম্বা চেকোং অমা মাইস্নাম ব্রজমনিনা সম্পাদক ওইতুনা কোংই। ইরৈবাক লাইবা চেকোং অসিদা হিন্দী, ইংরেজী, লোনদসু লামাই থমতুনা সমস্যা কয়া নৈনৈ। নীংতম্বা খবরশিং অসি ভোট অমসুং চেল্লক্লিবা ঈচেন কয়ানা রাজনীতিদা চৌংশনলি। প্রজাতন্ত্র, জনতা, চৌং-তম, অনৌবা মণিপুর মতম খর (কোওলম্বা) অসি শাসন তৌবরম্বা জনতাগী কাওবু কয়া শোগৎলম্মী। এম: পি: পিবু সনা নৈবাকনা শোগৎলি। মীতৈ লাইনিং অমসুং চৎনলোন কয়াবু সনানৈবাক, পাখৌ, নৈশেম্বা, ঈহৌ অমসুং হুইয়েল লানপাউনা থম থেংনা তাক্লৌ পী। জে: পীগী ঈহৌ, সর্বদয় অমসুং কৃষ্ণ কনসিয়সগী ঈহৌ

অসি চীংতমনা শনদোকই। কংগ্রেস মচেৎ তানবসি মখোইগী খবরশিংনা ফিরেপ অদু শনদোকই। মৌনা শেমখিবা ঈরৈবাক পার্টিসি লৈশেম্বনা শোগৎলি।

পানলিবা সরকারগী পোলিসি অদু চৈদুনা কোভবগী ইডিটরশিং জেল পীবা, চেফোং লেপহনবা অমসুং লৈবাক্তা ঘটনা কোকহনবা হেক হেক থেংনৈ। শ্রীমতি গান্ধীনা ইমরজেন্সী চলাইবদগী প্রেস অমসুং চেফোংশিংগী অমম্বা মতাং ওইনখি। ভোট মতুংদা ফিভম খর কগৎলকই। লোকেল গর্ভনমেন্তগী মথক্তা কেন্দ্রগী মন্ত্রি উনবা ইডিটর কয়া য়াউখি।

মণিপুরদা থোইদোক্লা কুইদনা প্রেশ ক্লব লিংখৎলে অমসুং জর্নেলিষ্টশিংগী এসোসিয়েসন শেমদুনা থবক খরা চৎথরে। Fourth Estate কী কান্নবা থাগৎনবা য়াবা থবক মখোইদগী থোরাংনা ভাইরি। সমাজগী কান্নবা পাউ শনদোকপদা নিউজ এজেন্সী কয়ানা হোৎনবিগনি থৈজে। English লোনদা ফোংবা চেফোং কয়ামুক্তু মথক্তা অসিমভাই। কংগ্রেসনা Manipur Times অমসুং Manipur Arbiter ফোংদোকখি। Eastern Express কৌবা খবর অদুসু কংগ্রেসতগী চোংথোকখিবা মীওইনা শনদোকই। কংগ্রেস ইস্তুনবা C. P. I. Socialist অমসুং P. S. P. নচিংবা পার্টি কয়াগী প্রভাব পুশিনলি। মণিপুরদা ফোংবা ইংরেজী খবরগী মগুনদি মপানগী মণিপুরী নত্তবা কাংবুনা পাদুনা প্রজাগী মত লৌই অমসুং ভারত সরকারগী অথুবা মীৎয়েং লৌশিল্লি। থবক্তী ফল থুনা লাকই। হৌজিকমক মুংতিগী ফোংলিবা Eastern Standard খবর অসি Nationalism অমসুং পান মণিপুরগী বাথলগা চান্নবা ফোংবগী কাংবু খরদদি চান্নদবা ওই।

থাগী চেফোং অমসুং চহিগী ওইবা মেগাজিনশিং মথক্তী

লামাই থরদা থবর অমসুং থাথাইগী চেকোং কাওবা পনরে। জর্নেলিজমগী চাউথংলকপা নৈনবদা থাদা কোংবা, থা ১/২ দা কোংবা অমসুং চহিদা কোংবা মেগাজিন মথন মথেন কয়া পল্লবদি মপুং কাল্রে। মথক্কী মতম থর অসিদ থোক্লকপা মেগাজিনশিং অসি মশিং অকিবা ফংই। ভারতকী মফম অতৈদগী মণিপুরদা মেগাজিন মশিং য়াম্বদা হল্লে। মথাদা তোঙান তোঙানবা মথনগী চেকোং থরদং শন্নগ্না পল্লি।

(১) সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মেগাজিনশিং—খৃঃ ১৯৫৪দা The Manipur Public Library গী Number অমথক্তং কোংখি। মসিদা কান্নরবা সাহিত্য, বিজ্ঞান অমসুং সভ্যতাগী মচাক কয়া কোংবা থেংনৈ। কলচরেল ফোরমনা থা ২/২ দা কোংবা খুতু, মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা কোংবা, সাহিত্য, নহা-রোল সাহিত্য প্রেমীগী চেকোং বাথন, মশক নাইবা চেকোং ওাকনি।

মতম, মালেম, মতমগী খোংথাং মমিং চৎপা হৌজিকমক চাং নাইনা হিংলিবা মেগাজিন ওাকনি। শ্রীকুঞ্জমোহোন প্রোফেসারনা হৌজিক হৌজিকমক য়ারিমচাগী চেকোং থা ২/২ গী 'মৈরিক' কৌবা অমগী সম্পাদক ওইদুনা কোংলি। পাচা মৈতৈনা 'ইম্ফাল' কৌবা চেকোং অমগী ইসু অমুক অনিরক উৎনখি। মতম থরদং কোংলম্নগা ইচেন লেপঙ্কবা মেগাজিনশিংদি পুন্সি, লৈকারংদা, মলয়া, ঈরাওখোল, নোংপোক মৈরা, লাসানি, মতম, ইরাং, সাহিত্য ঈচেল, মৈতৈ, খোম্বাং, নহারোলগী লমজিং (লমদেং), মৈতৈ লৈমা, লিক্লা (থৌবাললোমদগী কোংলকপা) অমসুং সেবারি (মোইরাংলোমদগী কোংলকপা) পনবা য়াই। এন চান্দবাপুনা চয়োলগী সাহিত্য লৌচিং হায়বসি ইসু থরা খৃঃ ১৯৭৭-৭৮ দা কোঙখি।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী লিংখৎলৌদগী কলচর সাহিত্য জগোই, পুং, ইশৈ অমসুং মরি লৈনবা হীরম কয়াগী ওইবা বুলেটিন সোভিনির অথয়বা মেগাজিন কয়া চহিদা থোরম কয়াগা কোয়না কোংদোকই। একাদেমীনা ইংরেজীদা Quarterly Journal অমা কলচরগী কোঙলি। একাদেমীগী এসিস্তেন্ত সেক্রেটরী লাইশ্রম জয়চন্দ্রনা ইদিটর ওইনা থবক চৎখি।

একাদেমী অসিনা চহিদা ড্রামা, যাত্রা, ফাইন আর্টস, ঈশৈ (সোং) অমসুং জগোইগী ওইবা তান্নহনবগী থবক পাংথোকই। অহেনবদা চহিগী ওইনা মনা পী। শম্না হায়বা মরোলশিং অদু নমথোক্লবা য়েম্থোকই। মমিং চংলবা হীরম কয়াগী মীওইশিংগী পুন্সিসু কোঙদোকই। কলচরগী মতাংদা অথোইবা থৌদাং পাংথোকই।

জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমিনা Souvenir অমা খৃঃ ১৯৬৪ দা কোংখি। মণিপুরগী জগোইগী অথয়বা ওই।

২। হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকনবা চেফোং ঃ—খৃঃ ১৯৫০ দা কৃপাসিন্ধুদাস অমসুং কৈশাম অমুবনা থাগী ওইবা চেফোং 'সাধু-সঙ্গ' কৌবা অমা পুথোক্লুনা গৌর ধর্ম্ম শন্দোকই। নপোল স্বাত্তিক সঙ্ঘনা কোংলম্বা সৎসঙ্গ কৌবা থা থাগী চেফোং (১৯৫৬-৬২) মণিপুর গীতা মণ্ডলনা কোংবা দিব্য জ্যোতি (১৯৭৪) পনবা য়াই। মণিপুরদা লৈবা R.S S. অমসুং বিশ্ব হিন্দু পরিষদকী শাখানা চেমচা কয়া মরক মরক্তা পুথোকই। এ ভি ভি পরিষদকী কেম্পকা কোয়না খৃঃ ১৯৭৫ গী জানুবারীদা স্মৃতি মঞ্জুষা মেগাজিন কোংই। খৃঃ ১৯৭৮ গী আগষ্ট থাদা ভাগবত দর্শন কৌব থাগী মেগাজিন অমা হরেকৃষ্ণ কনসিয়সনেসকী ইম্ফাল ব্রাঞ্চনা মৈতৈলোন্দা কোংই।

৩। জোতিষ শাস্ত্র অমসুং অনাবা য়েংনবগী মেগাজিন—
চুড়াচান্দ প্রেসতা চহি খুদিংগী ভাগ্যবতি পঞ্চাঙ্গ মৈতৈলোনদা নমহুনা কোঙই ॥ মনিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইতিনা চহি খুদিংগী চন্দ্রাব্দ থুংপাই মৈতৈলোনদা কোঙই। সোসাইতি অসিনা খৃঃ ১৯৬৬-৬৭ তা বিশ্ববাণী কৌবা থাগী মেগাজিন অমা ইস্যু ২/৩ কোংখি।

হকচাংগা মরি লৈনবা মেগাজিনদা লৈখিত্রবা তেলেম যোগেন্দ্র সিংহনা হৌদোক্লম্বা অরোগ্য পনবা য়াই। প্রাচিন অমসুং অধুনিক্কা শাস্ত্রদা য়ুক্ষম ওইরগা লৈনবা থাগী মেগাজীন অমনী। মৈতৈ লাইয়েং অমসুং নেচরপেথিকী লাইয়েং শনদোকই। অনৌবা Doctor শিক্ষাগী চেকোং হৌজিক কাউবা চাং নাইনা পুথোক্তবনা প্রাকটিস তৌবা Doctor অমা অনিনা মসিদা আর্টিকল ইবা থেংনৈ। যোগেন্দ্রজিংনা থুপপ্লবদা শ্রীক্ষেত্রি কলানা সম্পাদক ওইদুনা খৃঃ১৯৭২ কাউবা চহিদা অমুক্তং পুথোকই। অসিদগী হেনবা অথপ্পবা মেগাজিন অমসুং চেকোং অমত্তসু মণিপুরদা শনদোকপা থেংনদে।

৪। নুপীগী ওইবা মেগাজিন—"য়াইক য়ুম্বালদা নুপী" কৌবা চেকোং অমা ইস্যু অমুকথক খৃঃ ১৯৬১ দা কোংখি। হৌজিক চহুরা মরুপনা 'মচা লৈমা' কৌবা থা থাগী চেকোং অমা চাংনাইনা কোংথরি। সম্পাদক, ইরিবা মীওইশিং অমসুং হীরম পুম্বা মণিপুরগী নুপীশিংগা মরী লৈনৈ। নুপীতগী ওইবা অথপ্পবা মেগাজীন অমা কোংলীবসী মণীপুরগী জর্নেলীজমগী খোংথাং অমনি। Family Planning Association, Manipur Branch অমসুং মহিলা কল্যান সমিতিনা নৌশিং চেকোং কয়া কোঙই। Inter-national Women's year (১৯৭৫) গা মরী লৈনবা জর্নেল অমসুং চেকোং থোকহনখি।

৫। অরিবা মৈতৈ লাইনিং লাইশোনগী মরি লৈনবা মেগাজিন—মৈতৈ ময়েকরিসার্চ এসোসিয়েসনন্না অমুক অনিরক পুথোকখিবা কংলৈপুং ময়োল, এল মহেন্দ্র অমসুং মুতুম্বা বাহাদুরনা ইদিটর ওইদুনা কোংখিবা থাগী মেগাজিন এখোইগী কংলা (১৯৬৯-৭০); তখেল্লম্বম বকুলনা সম্পাদক ওইদুনা কোংবা থাগী য়াওন অমসুং ইবোতোম্বী মঙাংনা সম্পাদক ওইদুনা কোংখিবা মমিং চংলবা থা অমগী নাচোম (মতুংদা থা ২/২ গী ওইবা খৃঃ ১৯৬৯-৭০ অমসুং ১৯৭২) পনবা য়াই।

খৃঃ ১৯৪৬-৪৯ দসু সুরচান্দ অমসুং ইবোমচানা অপোকপা লাইনিং অমসুং মৈতৈ ইনাৎ শনদোকপা 'য়াওন' খবর কোংখী। মৈতৈ মরুপ কনবা মফমশীংদা মেগাজীনশীং অসী পামমৈ। এখোইগী কংলা চেকোং অসি খৃঃ ১৯৭৭ তা চয়োলগী ওইনা অমুক হিংহনখী। খৃঃ ১৯৭৯ গী হৌগংপদা এইচ, লালানা ইদিটর ওইনা শলাই তরেৎ কোবা চয়োলগী চেকোঙ পুথোকই। মঙ্গীসনানা চয়োলগী ওইনা নোংপোক থোং খৃঃ ১৯৭৯ গী এপ্রিল ২০ দা হৌই। হেমন্ত মঙাং কাঙমচানা লুপতীন কোবা থাথায়গী চেকোঙ খৃঃ ১৯৭৯ গী মার্চ্চ থাদগী কোঙবা হৌই।

কংলৈপাক য়ুথ ফ্রন্তনা থাগী চেকোং 'হিংবা' খৃঃ '৭৭ তা ইসু খরা থোকহনবসি মৈতৈ লাইনীং লাইশোনগা মরী লৈনহনবা য়াই। মৈতৈ ময়েকতা 'হিংবা' হায়রবসীমক থাদুবা সলাম মনিহলনা ইদিটর ওইনা কোঙখি।

৬। রাজনীতিগী মেগাজিন—খৃঃ ১৯৫০ দা এন বিরেন্দ্রকুমার সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা কোংখিবা নিংথৌগী নীতিবু য়াদবা 'মুক্তি' (থাগী মেগাজীন) (১৯৭০-৭২), কম্যুনীষ্ট পার্টিগী নহারোলশীংনা সম্পাদন তৌদুনা খৃঃ ১৯৭৪ দগী কোংলকপা 'অওনবা' (থাগী চেকোং) পনবা য়াই। পান মণিপুরগী

লময়ামবা থাগী চেকোং অসি Blitz গা চাং তম্নবা য়াই। পার্টিগী চেকোং নত্রবসু সরকারগী অমসুং রাজনীতিগী থবক্তা কা-হেন্না চৈ থাংদুনা ফোংই।

কম্যুনিষ্ট পার্টিনা থাগী ওইনা 'অপুনবা খোল্লাউ' খৃ: ১৯৭৮ দা ফোঙদোকই। শ্রীএল অচৌ সিংহনা মান্নবা চেকোংগী সম্পাদক ওইদুনা থা ১/১ দা ইসু থবা পুথোকখি। খৃ: ১৯৭২-৭৩ গী মতুংদা চেকোঙ অসি রাজনীতিগী ওইরবসু সমাজ অমসুং কলচরগী নৈনবা কয়া কংনখি। খৃ: ১৯৭৭ আগষ্টদা ইমরজেন্সী মতুংদা জেল চংলুবা সম্পাদকনা অপাকপা সাইজদা অমুক ফোঙথে। চেকোঙ অসি থাগী ওইবা তোক্তুনা চয়োলগীদা ওন্থোকলে। ইলেক্সনদা কংগ্রেস মাঙখীবা পীদুন কেন্দ্র অমসুং ভারতকি মফমপুম্বদা জনতা সরকার শেম্বা মতমনি। মণিপুরদসু জনতা সরকার শেমলদুনা পার্টিগী পোলিসি অমসুং প্রোগ্রাম কয়া শন্দোকখি। শ্রীঅচৌ সিংহ পার্টিগী জেনরেল সেক্রেটরীসু ওইবনা মাগী লৌরিবা ফিরেপ অদু মুখপত্র অসিনা শেংনা শন্দোকখি। মগাকনা জেল লৈরিঙৈ মতুংগী ডাইরি কয়া ফোঙই।

৭। চৌং-তম কলচরেল ইন্টিগ্রেসনগী মেগাজিন—ডি মণিপুর কলচরেল ইন্টিগ্রেসন কনফরেন্স লিংথৌঙদগী চৌং অমসুং তমশিংগী মরক্তা থানবা যাদবা মরী অদু শন্দোকপা ঈ পাউ অমসুং চে কয়া ছাপা নমদুনা শন্দোকখি। স্পেশিয়েল নম্বর অমা ওক্টোবর ১৫ খৃ: ১৯৭২ দা ফোংই। হৌজিকমকসু লিংথখিবা মুমিং অমসুং সেসন পাংথোকপা মতমদা ডি কলচরেল ইন্টিগ্রেসন কৌবা মেগাজিন অমা হেক হেক পুথোকই।

৮। শান্নবগী মেগাজিন—শ্রীঅজিৎ সিংহ এম: এ: ডিপ্লোমা ইন ফিজিকেল ইডুকেশন্না, সম্পাদক ওইনা ফোংবা 'ওলেম্পস' (১৯৭০-৭২) ইসু অনিরক ফোংলগা লেপখ্রে। মণিপুর

সরকারগী ইদুকেশন ডাইরেক্তোরেন্তা লৈবা ফীজিকেল সেকসন্না স্কুল অমসুং কলেজশিংগী স্পোর্ট পাম্নে। অচৌবা লৈবাকী ওইবা শান্নবগী থবক শীনবদা সোভিনর অমসুং মন্নী লৈনবা চে পুথোকই। পোলো ক্লব, রাইফলস এসোসীয়েসন অমসুং সরকারগী কলেজ অনি অসীনা চহীগী ওইবা কুম্মৈদা সোভীনীর হেক হেক কোংই। মণীপুর গোভর্নমেন্তনা XVIII National School Championship ( Autumn & Winter meet), কা মন্নী লৈনবা সোভীনীর অমা কোংথী। খৃ:১৯৭৪ নভেম্বরদা Eastern zone Police meet পাংথোকপগী অথন্নবা English গী চেকোং অমা মণীপুর পোলীস ডিঃনা কোংখী। সী: সী: মীট অমসুং শান্নবগী ঈ-পাউ কন্না থবন্ন অমসুং চেকোং কয়াগী লামাইদা কোঙই। Sir Churachand Memorial Foot-ball Tounament অসি খৃ; ১০৭৫ দা চহী ২৫ শুরকপগী Silver Jubilee Souvenir অমা All Manipur sports Association না শীন্দুনা পুথাকখী। অথন্নবা স্পোরটকী মীওইশীংনা ইবদা শরূক য়াই। খৃ: ১৯৭৫ ডিসেম্বরদা State Level sports conferece তৌবদা শান্নরোই কয়াগী Bio-data খন্না অমসুং মথোইনা হৈনবা মশান্ন। অদু, সাইক্লোস্তাইলদা কোঙই। খৃ: ১৯৭৭ গী ডিসেম্বর ২৭-৩০ দা ( III ) National powerlifting Championships, Imphal না ফোঙখিবা সোভেনির নীংখিরবা পোংথোকনি।

হৌজিকতা মথাগী চেকোঙশিং অসী হীংলি—( ১ ) Sports revolution, ( ২ ) Sports Digest (Monthly ) অমসুং ( ৩ ) শান্নরোয়-রাজকুমার রনেন্দ্রজীৎনা স্পোর্টস মুভমেন্ত কমিটিগী তরফতগী চয়োলদা কোঙবা। খৃ: ১৯৭৯ ফেব্রুয়ারী ২৬ তগী শান্না চেকোং পুথোকপা হৌখি।

(৯) সাইনকী চেকোং—' বিজ্ঞানগী বা ' কৌবা কারতবলি জরনেল অসি লমাবম বীরমনিনা অহানবা সম্পাদক ওইদুনা ইহান হান্না মৈতৈলোননী ওইনা কেওখি। সাইন্স টিচরস ফোরম, মণিপুরনা অচংবা খরচ পুথোক্নুনা খৃঃ ১৯৭৮ ফেব্রুয়ারী থাদগী চংহনখিবনি। মতম কুইনা চাংদুনা লৈরুরবা অমা মৈতৈলোন্দা শেমগৎপা ওইরকখি হায়না মত পীজরি।

(১০) খুঙ্গংগী অথিক অবস্থা লৈনবা জর্নেল - লোয়ালম; থা ১/৯ গী ওইবা মেগাজিন অসি রুরেল ডিভেলপমেন্ট ওর্গানাই-জেসন্না ( লমশাং বাজার ) খৃঃ ১৯৭৭ কী ওক্টোবর তাং ২ দগী কোগুলকলি। সম্পাদকতা শ্রীচিদানন্দা শর্মা। সংষ্টান অসি রায়কসোপ অমসুং কেম্প শিনলাংদুনা নেসনেল লেভেলদা পাং-থোকপদা মতিক চাবা সোভিনীর খর—নসনেল ইন্ট্রিগ্রেসন অমসুং এডল্ট ইডুকেসন প্রোগ্রামগা মরী লৈনবা কয়া পুথোকই।

(১১) শুমাং লীলা ( যাত্রাগী ) জরনেল—( i ) শুমাং লীলা; ওল মণিপুর যাত্রা এসোসিয়েশনগী থা ৬/৬ কী চেকোঙ অসি থোকচোম ফলেন্দ্রনা অহানবা সম্পাদক ওইদুনা খৃঃ১৯৭৬ এপ্রিলদগী পুথোকপা হৌখি। মণিপুর যাত্রাগী ইতিহাস, মমীং চৎপা পার্সোনেটি অমসুং সমস্যা কয়া লৈনরি।

( ii ) ঐথোয়গী শক্তম - বীরজীৎ ক্ষত্রিনা খৃঃ ১৯৭০গী রিপব্লিক ডেদা পুথোকখিবা জরনেল যাত্রাগী সমস্যা, কান্নবা অমসুং কলাকার কয়াগী মশক্না পুন্সি কোঙই। অহানবদা ইষ্টর্ন যাত্রা এসোসিয়েসন্না শিনলাংখী। ইডিটর অমনা শিল্লগা মমিংসীমক চৎথারি।

(১২) ড্রামাগী জরনেল থীয়েটর; শ্রীবাইবোকপম ভগীরত সিংহ শাস্ত্রীনা থীয়েটর সেন্তর, ইম্ফাল শাখাগী মায়কৈদগী পুথোকখিবা চেকোং। থা ৩/৩ গী ওইনা খৃঃ ১৯৭৭ জুন থাদগী থোকহনলি। লমসিগী থীয়েটরগী হীরম কয়া লৈনরি। খৃঃ

১৯৭৫ দা গীতচন্দ্র তোংব্রাগী ড্রামা 'ভবোংখাউ' গী ডাইমণ্ড-জুবিলীগী চেকোঙ থোকখি।

মণিপুর সেক্রেটরিয়েত ক্লবনা খৃঃ ১৯৭৭ অমসুং ১৯৭৮ দা নীংশিং চেকোং অনীথক ফোংবসি ক্লবকী আ'টিসশিংনা All India Civil Service Drama Competition দা শরুক য়ারুবগী ঈ-পাউ কয়া শন্দোকই।

(১৩) হিন্দীলোন শন্দোকপা জরনেল—হিন্দী শিক্ষক দ্বীপ খা ৪/৪ গী আচার্য্যা রাধা গোবিন্দ কবিরাজনা মণিপুরগী ঈ-পাউ কয়া হিন্দী লোন্দা ফোঙবা হৌখী। ইসু ২ য়োম থোরক্লগা মথা চত্থিদ্রে। পর্বত বাণী খা ১/১ গী হিন্দী-লোনগী জরনেল অসি ফুঃ গোকুলানন্দ শর্ম্মানা পুথোকখী। খৃঃ ১৯৭৭ ডিসেম্বর থাদগী চাং নাইনা শন্দোক্লুনা চীংথী-শিংদা লোন অসি খঙহনবা হোৎনৈ। হিন্দী ভাঙবা মণিপুরদা লৈবা মীওইশীংনা ইবা থেংনৈ। কবুইশীংনসু লোন অসিদা ইবগী চাংয়েং তৌই। ব্রজমোহন দেব শর্ম্মানা খা১/১ গী ওইনা সমাচার গেজেট কৌহুনা উরিপোক্তগী (খৃঃ ১৯৬৭-৬৫) দা ফোঙখী। হিন্দীলোনগী কলমগী 'ভসি', 'গান্ধীবাদ' অমসুং 'নাগরীক পন্থ' দা হেক হেক হাপই। মররারীশিংনসু মরী লৈনবা থরা ফোঙই।

(১৪) ইডুকেসনগী চেফোঙশিং—Young soldier's Guidance Bulletin ইসু ১/২ খৃঃ ১৯৭৬ তগী প্রোফেসর ক্ষেত্রি কালানা ইডিটর ওইদুনা ফোঙখি। মণিপুরগী ইডুকেসন ডাইরেক্টোরেৎনা State Institute of Education and Science হাংখিবদগী Your Guidance কৌবা English গী খা ১/১ গী ফোঙই। অহানবদা Directorate না ইডিটর ওই-রম্বদগী Secretary Education, Govt of Manipur গী মিংদা মতম থরা থমখি। খৃঃ ১৯৭৮ মার্চ্চ থাদগী Education

To-day হায়রুবা চহিগী চেকোঙ ওইনা S. I. E না কোঙবা হৌরে।

লমজিং মৈয়া কৌবা থা ৩/৩ গী চেকোঙ অমা মৈতৈলোন্দা মণিপুর লিটরেসি কাউন্সিলনা খৃ: ১৯৭৮ দগী কোঙলকই। লনটা সরকারগী ওইরিবা এডল্ট ইডুকেসন পোলিসি অদু কয়া নৈনবা থেংনৈ।

ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা শিনলাংবা সেমিনার, কনফরেন্স অমসুং রারকসোপ কয়াগী পোলিসি অদু প্রোগ্রাম মরক মরক্তা কোঙবা উই। Manipur Secondary Board of Education না N. C. E. R. T. গী অহৈ অশিং কয়া চহিগী ওইনা কৌথোরক্লগা মহৈ তম্ফম তম্ফমশংগী ওঝাশিং কয়াদা ট্রেনিং পী। মথোইনা থম নৈনবা কয়াদু কোঙই। সাইন্স অমসুং আর্টসকী বিষয় কয়াদা পরীক্ষা লৌনবগী অকুপ্পা কয়া য়াউরি।

(১৫) কনানা কনানো (who's who)—চহিদা ৩ লক কোঙবা Society of who's who গী লয়রেললনি। খৃ: ১৯৭৮ দগী হৌখি। অথয়বা মীওই থয়া অমসুং ঈ-পাউ থরম হাপই।

(১৬) খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকনবা চেফোঙ—থা ১ গী চেকোঙ 'থরায় হিংনবা লম্বো' অসি সিএইচ নবচন্দ্রনা চুরাচান্দপুরদগী কোঙলম্মী। মৈতৈলোন্দা গোসপেল (বাইবলগী লায়রা) ঈ-পাউ কোঙই। সাইক্লোস্ত ইল তৌদুনা লামাই অমথক কোঙই। চৌংগী লোন কোঙলিবা অপুম্বা শন্দোকপা ভাক্তনি। মথোইদুদি মতাং অমদা নৈনরক্তনি। ইম্ফালদা কোঙবা ইংরেজী চেকোঙ Manipur Herald দা মৈতৈলোনগী লাইনীংগা বাইবলগী লাইরা চারবা কয়া শেমজনদুনা লামাই অমদা কোঙবা হেক হক থেংনৈ। মৈতৈ ক্রিস্তিয়ান কৌবা কাঙলুপ অমা ইম্ফালগী মফম থরা অমসুং লোইলম কয়াদা থোক্লকলে।

কাছাড়গী বাঁশকান্দি, লক্ষ্মীপুর, গাজারীজড়া অমসুং জাফিরবন্দ

নচিংবদা বাপটিষ্ট মিশনগী লাইব্রিক অমসুং ঈ-পাউ কয়া ছাপা নমদুনা শন্দোকলে। মকখসিদগী মণিপুর তম্পাকলোমদা শন্দোরকই। চাং নাইদে।

(১৭) অঙাংশিংতগী ওইবা জর্নেল – মণিপুরদা লৈবা স্কুলশিংদা অঙাংশিংনা কোঙজবা মেগাজিন কয়া কংলিবসি মশিং থাদুনা লোইবা ঙমদে। মণিপুর সরকারগী পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্তনা চহি খুদিংগী নবেম্বর তাং ১৪ দা 'অঙাংশিংগী নুমিৎ' কৌদুনা অথঙ অহৈশিংনা ইবা মেগাজিন পুথোক্লমই। অঙাংশিংগী ওইনা থা থরদং খৃঃ ১৯৫৬ তা ঙসি চিঠি মরুপ মেগাজিন হায়দুনা কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা ইদিটর ওইদুনা (ঙসি খবরগী শরুক অমা ওইনা) কোঙলমই। Hindustan year book নচিংবগী পাউ হাপ্পদা মণিপুরদা কংবা জর্নেলগী লিস্তদা মসি হাপলি।

খৃঃ ১৯৭৯ অসি International Children's year তৌখি। মণিপুরদসু অকবা অঙাংশিংগী মরী লৈনবা জর্নেলশিং থোক্লকনি নীংই।

(১৮) উপন্যাস (নবেল) গী জর্নেল – Three monthly novel producer গী সম্পাদক মঙ্গীশনানা থা ৹/৩ দা উপন্যাস হেক হেক কোঙদুনা ইসু ৫/৬ হৌজিকমক্তা পুথোকলে। ইসু খুদিংমক নবেল অমমমগী মমিংনি। চিংসনলিবা হৌরমদি চৌংতমগী মরী, অথিক অবস্থাগী ফিবম বিপ্লব অমসুং হিংমিন্নদুনা লৈবনি। বারীমচাগা নকনৈ।

(১৯) সরকারগী চেক্কোংশিং – মণিপুর গেজেট (ইংরেজী) চহি চহিগী রিপোর্ট, চয়োলগী চেক্কোং অমসুং অচৌবা থোদোক্কা মরী লৈননবা পব্লিসীটি বিভাগনা কোংবা মথন কয়াগী চেক্কোং পনবা য়াই। সরকারগী চেক্কোং অসী অহানবদা মমন হোংনা থাথাইদা কোংলম্বদগী চয়োলগী চেক্কোং ওহোকখী। ইংরেজীদা

খৃ: ১৯৭৫ দগী মণিপুর পুথোকই। মৈতৈলোন্দা মণিপুর হায়বা থাগী চেফোঙ হৌজিকমক ফোঙলি। পানলিবা সরকারগী তরপুগী ঈ-পাউ শন্দোকপনি। নভেম্বর ১৪, পণ্ডিত মপোক ন্নুমিৎকা মরি লৈনবা অঙাংশিংগী নুমিৎ কৌবা মেগাজিন অমা চহী খুদিংগী লেপ্তনা ফোংবসিনু থাগৎনিঙাইনি। দিপার্টমেণ্টনা ফোংবা পেম-ফলেট কয়ানু মশিং খিঙমদনা ফংই। পঞ্চায়েট ডাইরেক্তরগী তরফতগী পঞ্চায়েট রাজ কৌবা চেফোং অমনু থোকই। বিভাগ অতৈনা মরী লৈনবা চে কয়া শন্দোকই।

মণিপুর কোওপরেটিভ কৌবা থাগী মেগাজিন অমা অমসুং থাথাইগী ইংরেজীদা নিউজ কোওপরেটিভ বিভাগনা ফোঙহনা বাথল অসি শন্দোকই। A.I. R. ইম্ফালনা খৃ: ১৯৬৪ দা কণ্ড তান্নবা সোভিনীল অমা মথোইদগী মাইকৈগী পুথোকখি। সরকারনা মরক মরক্তা ফোংবসি নত্তবা তঙ্খাই মতেং পীবা চেফোং খরনু মতা অসিদা পননি।

ভারত সেবক সমাজনা খৃ: ১৯৬৩-৬৫ দা ভারত সেবক কৌবা চয়োলগী চেফোং অমা ফোংখি। ফোংবা লেপঞ্জবনু মসিদা ইনখিবা শেনগৎ শাগৎপগী রীখন কয়াহু অতোপ্পা চেফোং অমতা ফংনদ্রি। আর, কে, সনায়াইমনা লৌমী পাওজেল কৌবা থা ৪/৪ গী ওইবা মেগাজিন অমা মণিপুর কৃষক সমাজগী মাইকৈদগী খৃ: ১৯৬৫ দা ফোংখি। (২০) ফিলম মেগাজিন— খৃঃ ১৯৬৫-৬৬ তা মহম্মদ কুতুসনা চয়োলদা ফোংলম্বা স্তারস এণ্ড লভরস পনবা য়াই। চেফোং অসি কুইনা চথখিদ্রে। খৃ: ১৯৭১ দা মণিপুরগী অহানবা ফিলম 'মতমগী মণিপুর' উৎপগা লোইননা চেফোং কে: টি: কোম্পানি অসিনা পুথোকখি। (২১) মৈতৈ পাঙলশিংনা ফোংবা ধর্ম্মগী চেফোং— থা ৩/৩ দা খেরগাউগী মহম্মদ হুসেন্ন ধর্ম্মগী ফোংলম্বা মেগাজিন পয়াম ইসলাম (ইচেন লেপঞ্জবা)। খোম্থাং কৌবা থা ৩গী মেগাজিন

অমা পুশ্লিময়ুম কয়ামুদিন খৃ: ১৯৭৮ গী আগষ্টতগী কোঙলক্লি। (২২) স্কুল অমসুং কলেজনচিংবগী মেগাজিন—মণিপুরগী স্কুল অমসুং কলেজশিংদা চহীগী ওইনা মেগাজিন কোংবা থবক পায়খৈ। ছাত্র ছাত্রীশিংদা কান্নবা মখল অমনি। হাইস্কুল অমসুং ডিগ্রী কলেজশিংদা থোক্লিবা অসিসু তথ্যাই অমনা অকবদা চংশিল্লি। মসিং চংপা লেখক অমসুং বিষয় অমগী জ্ঞান লৈবা ওঝাগী মতেং নৈনরবা ওঝাগী জ্ঞান লৌরগা অমুক হেন্না ফগনি। L. M. S. Law College না মেগাজিন অমা ঐ ইশাবক্না ইডিটর ওইদুনা খৃ: ১৯৬৫ দা অহানবা পুথোকখি। B. T. College, University Centre নচিংবনা চহীগী মেগাজিন কোংই। কাঞ্চিপুরগী Post Graduate তম্নবা সেন্তর অসিনা ডিপার্টমেন্ত খুদিংগী বুলেটিন কয়া কোঙলগা শন্দোকই। কলিকতদা তম্বা মৈতৈ ছাত্রশিং, গৌহাটিদা তম্বা মণিপুরী ছাত্রশিংনা চহিগী মেগাজিন কোংবা পাংথোকই। গৌহাটি মণিপুরী ছাত্রনা কোঙবা নহারোল অসি ইচেন কংদবা অমসুং পোংথোক ফবা ওইরি। ডিল্লীদা তম্বশিংনা মণিপুর; বেনারস, লক্ষ্ণৌ, পাটনা অমসুং মহৈ তম্ফমশঙ কয়াদা লৈবা মৈতৈ ছাত্রশিংনা মেগাজিন কয়া পুথোকনরে।

অতৈগীদি চাংনাইবা উদে। কলিকতাদা লৈবা মৈতৈ ছাত্রগী চেকোং থোঞ্জেল অহু মতম থম্না লেপলুরগা হন্দক্তা কোংখি। (২৩) ইংরেজী লোনগী মেগাজিন—রাজকুমার থম্বালসনানা সম্পাদক ওইদুনা পুথোকপা থা ৩/৩ গী চেকোং, The Cultural Flow' (খৃ: ১৯৬৮ দগী হৌবা), এন তোম্বীনা ইডিটর ওইনা কোংবা 'The Meitei Leirang', All Manipur Non-Government Teachers' Association না চহিদা কোঙবা Scale; কলচরেল ফোরমগী কোংগদৌরিবা Journal থাংবৈবল্ললোমদগী কোঙবা The profile '78 পনবা য়াই। (২8)

লৈকাইগী ক্লব অমসুং ছাত্র ইউনিয়ন্না কোংবা মেগাজিনশিং মথল মথেন ওইবা মেগাজিন কয়াম্সু লৈরি। ছাত্রগী কাংবুনা শেম্বা এমসুগী চেকোং আগষ্ট ২৭, হজর মারচরদে; ছাত্র পরিষদকী খোংচং; থুরাইদগী থোকখিবা মঙাল অমসুং শিংজমৈ মথাগী ক্লবনা কোংবা "ঐখোইনা কংচরি" পনবা য়াই।

মথক্তা পনখ্রিবা মেগাজিনশিংনি মণিপুরদা ভাবা মৈতৈশিংনা মৈতৈ সভ্যতাগী মশক উৎনবা পুথোকপা জনে'লিজম মথন ঙাক্তনি। লোম্না ইংরেজী, হিন্দী অমসুং বেঙ্গলীনচিংবদা কোঙলবসু মৈতৈ অমসুং মণিপুরগদি ইথা থানদে।

চেকোং অসি মশিং য়ামলবসু অমুক অনিরক উরমলগা কোংবা লেপখিবা অয়াম্বনা তৌনগল্লি। চেগী মমল হেনগৎপা থবক চেনবীনবা মীশিং বাৎপা, লন্নাই ওইনা হোৎনবা, পাবিনবা লৈতবা অমসুং কংকম থোকপা সরকারগী মতেং কংদবনা শিথহল্লি। পৈশা পুথোকপিনবা মীওই ভাংই। কোংদোকপ্রবা মেগাজিনশিংদগী শেন্দোং তানবা য়ানা থোকই।

রাজনীতি য়াওদবা creative (শেম্বা ওম্বা) ওইবা চেকোং-শিংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা চহীগী পৈশা পী। মসিনসু মেগাজিন হিংনবগী সমস্যা কোকহনবা য়ানা থোকই। মপান্দগী প্রেস্দা লাকপা ইংরেজী অমসুং হিন্দীগী মেগাজিন কয়া মমল হোংনা ইস্কালদা কংনৈ। মথোইগী মশিং য়াম্না লাকপনা মণিপুরগী ওইনা পুথোকপা য়ানৈ।

কলচরেল ফোরমনা ঋতু পুথোকখিবসিনা মণিপুরগী মৈতৈ মেগাজিন্দা অচৌবা খোংথাংনি অতৈ চেকোং থোরকপসি মঙোন্দগী তমখিবনি। মেগাজিন মশক, দিজাইন, ছাপা পুরবা মীনা পাম্নবা হেনলি। য়ারেং সমালোচনা অমসুং অবাংবা মথনগী রচনানা ইসু পুরবদা থল্লি। সরকারনা থনবা খ্বাইদগী কবা চেকোংগী মনা অহু ঋতুনা ওইখি। মেগাজিন অসি চাং নাইনা কংই।

অইবা পণ্ডিত অমসুং কবি কয়া থোকহল্লি। সাহিত্য অমসুং কলচরগী চাংদম্লবা য়াবা মতম লাক্লি। মকম অয়াম্বদগী অইবা লেখক লৌশিন্দুনা পুকচেন লাকপা উংলি। বিজ্ঞানগী, ফাইন আর্টসকী, ধর্ম্মগী, সমাজগী অবাংবা লামাই হাপচন্দুনা বিষয়শিংগী অরাংপা মেনশিনলি।

পান মণিপুর য়ুথ লীগনা কোংবা লময়ানবা থাগী চেকোং অমসুং চয়োনগী খবর খরগা সরকারগী কর্ম্মচারিশিংগী অকাইবা উংপা, কম পাম্বা নেতাশিংবু ময়ামদা তুরুচহনবা. ভারত সরকারগী নীতিবু ফীভম য়েংহনা চৈবা হেক হেক তোই। ১৯ শুবা খৃ: শতাব্দীদা মণিপুরনা মনিংতম্না পাল্লিদৈদা থোন্না অহু হন্বা অসি মুংঙাইতবা কোংদোকই। তেংথাবা উংলি।

মণিপুরদা করো তম্পাক হল্লিললকনবা, কাছার অমসুং মপান্দা মৈতৈগী শক্তি হেনগৎহনবা অমসুং মণিপুরগী ওইবা মশাগী ওইবা পোৎথোক পুম্বা চাউখৎহন্নবা হীরম কয়াদা চেকোং অসিনা উংলি।

মপানগী ওফিসারশিংনা শক্তি শীজিন্নব অহু মায়য়োকনৈ। চিফ কমিশনারনা পাললিদৈদা চেকোং অসি থিংবা সম্পাদক জেলদা থম্বা অমসুং ওফিস চংহুনা পোংচৈ থিবা দণ্ডি কয়া পীবা থেংনখি। মণিপুর মশাগী অপাম্বা মন্ত্রীমণ্ডল শেম্বদা মসিনা য়াম্না পুকনিং থিংজিললি। অসিগুমবা মপুং ফাবা State ওইরক্লবদা সরকারগী নীতি চৈবদগী সম্পাদক শ্রীইবোতোমকী মঙাংবু সরকারনা জেলদা থমখি। মণিপুরগী জনে'লিজমদা অচৌবা ইসুগীদমক মাইয়োক য়াখিবসী মুংতিগী পাউজেল চেগী সম্পাদকতা নত্তুনা মেগাজিনগী ইডিটরশিংনা অরাকন থাংখিবসি মথোইশিংনি।

Progressive ( চঙশিনবগী ওইবা ) বাথন পায়খৎপা অকীবা লৈতনা চংশীনলকপা চেকোংদা থাগী মেগাজীন "মতম" পনবা য়াই। রাজনীতি ধর্ম্মনীতি; সাহিত্য মথন শুনা চেকোংগী লামায়দা ফোংই। ফীলমদগী ওইবা চেকোং কুইনা হীংজ্রবসু

কীদমগী আ'টিকলদি মতমদা কংই। বিজ্ঞান অমসুং তেক্নোলোজিগী ওইবা মেগাজিন থোক্তি। Illustrated Weekly গুম্বা অকবা লাইয়েকপা মেগাজিন হৌজিক কাওবা মনিপুদরা কোংনত্রি। মুংতিগী অমসুং চয়োলগী খররশিংনা কোটে। অমসুং লাই হাপ্লসি খরা বাই। মতম খিনবনা অচৌবা মরমনি। লাই হাপ্লবদা, অয়েকপা আ'টিস্ত অমসুং ব্লোক শাবা মী কংদবা যাদে। Sankara's, Weekly দা য়েকলিবা কারটুনবচিংবসু লৈবাক অসিদা কংবা ওমদে। মাইকৈ অশোমদা খরদং পুক্লিং খিংজিনবদা মণিপুরগী পেরিওডিকেল অমসুং মেগাজিন চাউখংহন্নবগী মরু-ওইবা মশকনি। অতৈ লৈবাক্কী মেগাজিনগা মণিপুরগীগা খেন্নবা কংবসি মরক মরক্তা মৈতৈ চে যাওবা মৈতৈমরেক হাপচিনবা, মখুম নত্রগা মেগাজিন মমুংদা মৈতৈগী কীকেং লৈতেং, মণিপুরগী উচেক, উ, লাইশং অমসুং লাই হয়াওবগী শকতম উংপদা পুথোকনৈ। চে শিজিন্নবা, মেচিন চেনবা, কাবা অমসুং ককপদা মণিপুরদা মপানলোমদগী তাংবা ভাকনি। ছাপা মরেক্তা মৈতৈ মরেক্কী চেকোং ওমলবদি মণিপুরতগী Printing Brand ( ছাপা মম্বা মতাংদা ওইবা খুদম ) তারকনি। খুংনা শাবা পোত্তা মৈতৈগী খুংশেম তোত্তারা উহনবা ওন্নগুম্না ছাপা নম্বগী আর্ট অসি কুপ্পা তমলগা হৈশিংবা উংলবদি থোইদোকনা চাউখংকনি। চেগী কারখানা অমসুং কললগী পোংথোক কননা চাউখংহন্দুনা লয়সিগী আরটিসশিংনা শিজিন্নদুনা জাতি অসিবু মেবা তৌনবা ইশ্বরদা খুরুমজরি।

শ্রীঅরাম্বম সরত সিংহনা পুথোক্লম্বা "Cyclon" কৌবা ইংরেজী খাখায় অসি কোটো ব্লোক, ডিজাইন অমসুং অইবগী মচাক্তা পংতা তাখিদে। ইসু ২০মুক্তা মনিং-তম্না পাউ শজোক্লমই। হৌজিক লৈখিত্রে।

রায়েং কৌবা ( মৈতৈলোন ) চয়োলগী চেকোত্তদা অত্তাংশিংনা

কায়গদবা য়ায়েং টেষ্ট. কোটেসন টেষ্ট অমস্থুং অথোইবদা মনা পীবগী স্কিম (পাইস) হাপ্তুনা অনৌবা মখেন অমা ওইন পুথোকই।

অপাবগী লায়াইশিং ইডিটরদা চিঠি পীবা, লাইরিক মত পীবা অসিনচিংবা মেগাজিন অয়াম্বদা থেংনৈ। চিঠিগী মকম চাং নাইনা থমলিবা মৈতৈ খবরশিংদি প্রজাতন্ত্র (মণিপুরী) অমস্থুং Resistance (English) Weekly অসিদনি। অতোপ্পা খরদি মরক মরক্তা থেংনৈ। Term দা ইংরেজীদগী লৌহুনা শীজনৈ। লোনসিগী পুথোকনীওাই য়াহৈ ফংদ্রি।

(৪) চীংমীশিং অমস্থুং চীংগী লমশিংদা জর্নেলিজম—

মণিপুর চীং অমস্থুং তম্না শাগৎলি। লমসিবু অশৈবশিংনা চীংনা কোয়না পনশাবা, হাওনা (হায়া লৈমিয়রকপা চীংগী ইচিন ইনাওশিংবু মুংশিনা কোয়মবা) কোয়না পনজাকপা হায়না শক্লমই। তম্পাকী শক্লক বর্গমাইল ৭০০ অসিগী শক্লক ১১ দগী হেন্না চীংগী লমদা ওই। চীংমী মখল মরুওইনা নাগা অমস্থুং কুকিশিংনা লোন তোঙানবা ২৯ থক শীজম্নরী। মণিপুরগী নিংথৌগী মথাদা চীংমী পুমবা লৈরমই। নাগাশিংনা হায়া লৈমিয়রকপসি চৎনরমবা পাথাপ কয়ানা প্রমাণ তৌই। খৃঃ চহিচা ১৯ হৌগৎলকপদ খোংজাই (কুকি) গী কাঙলুপ মণিপুরদা থুন্দারকখি। নাগা কুকিগী কাঙলুপশিং অসি মণিপুরগী চীংগী লমদা নত্তনা মুমলোয়বা লৈবাক কাছার, নাগালেণ্ড, মিজোরাম, ত্রিপুরা. অরুনাচল অমস্থুং বর্ম্মদেশয়োমদা চাইহুনা শন্নোকই। বাঙলাদেশ য়োমদসু কুকিগী কাঙলুপ তারি। মথোইসি মৈতৈ নিংথৌনা মতম চানা মণিপুরী হিন্দুদা চিংশরম্বা য়ারবগী তাপ্পা নাম্বোকহনখি। পণ্ডিত লোইও অমস্থুং ব্রহ্মাসভাগী থৌশিল হৈহৌদবদগী খৃষ্টান ধর্ম শন্নোকপা কাঙবুনা থুদোং চাবা লৌখি। মিশনশিংনা অনৌবা মহৈ মশিংগী অকবা ফংহনখিহুনা অবাং নোংপোক থবা ভারতকী লমশিং অসিনা অকিবা ফংলবা ঔহৌ

পুখোকখি। তৌইশুবগুং লমশিং অসিদা খৃষ্টান লাইনীং চংখিবা চহি ১০০ কাঙ্গি। চীংমী মখল কয়ানা অনৌবা মহৈ-মশিং কংহুবা সাহিত্য অমসুং অরে'শিঙমগী মায়কৈদা চংশিনলকই। হৌজিক কাউবদা পুখোকখিবা চেকোংশিংগী মমিং অমসুং মশক খরা পীজরি।

| চেকোং মমিং | লোন | মওং | ফোঙকম |
|---|---|---|---|
| ১। Hmasawnna (চাও- থংপা) (খু: ১৯৩৫) | হমার | থা১গী কলচরেল | চূড়াচান্দপুর |
| ২। Inchukhainun (ছাত্রগী লমচং ১৯২০) | „ | „ | „ |
| ৩। Knawnar (মঙাল-১৯৬৫) | „ | „ চর্চ চেকোং | „ |
| ৪। Krastien (১৯৬০) | „ | „ | „ |
| ৫। Thuhrittu (ধর্ম শন্দোকপা-১৯৭২) | „ | „ | „ |
| ৬। Sikhawvar (অয়ুকী খরানমিচাক) | „ | „ | হাফলং |
| ৭। The Hmar Students' Association Magazine | হমার অমসুং ইংরেজী | চহি ১ গী কলচরেল | চূড়াচান্দপুর |
| ৮। The Gangte Students' Organisation Magazine খু: (১৯৬৯) | গাংতে অমসুং ইংরেজী | „ | „ |
| ৯। Zingsalwl | গাংতে | থা ১ গী | „ |
| ১০। Siamsinpawl Annual Magazine (১৯৬২) | পাইতৈ অমসুং ইংরেজী | „ | „ |
| ১১। Chenna Gam (খু: ১৯৬২) | কুকি | চয়োলগী | „ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১২। | Thuthang (the thunder bolt of hills union-১৯৭২) | ইংরেজী অমস্তুং যোমী | চয়োলগী | ইম্ফাল রাজনীতি |
| ১৩। | Semluh mal | থাদৌ কুকি | থাথাইগী | মোটবুং |
| ১৪। | League Tribune (খৃঃ ১৯৬১-৬২) | ইংরেজী অমস্তুং যোমী | " | চুড়াচান্দপুর |
| ১৫। | The young zomi (১৯৬৩) | " | " | " |
| ১৬। | The Hill Monitor (খৃ: ১৯৬৮--৬৯) | ইংরেজী | থাথাইগী নেসনেল | " |
| ১৭। | The young Democrates (খৃ: ১৯৬৮-৬৯) | " | " | " |
| ১৮। | Voice of Churachandpur (১৯৭৪) | ইংরেজী অমস্তুং পাইটে | চহিগী | " |
| ১৯। | Zougam Thuso (১৯৭২) | যোমী | থাগী | " |
| ২০। | Tongko (১৯৭১) | সিমটে | " | " |
| ২১। | Hraituthar (১৯৬৪-৬৬) | লুসাই | " | " |
| ২২। | Zoram Thar (১৯৭৫) | " | সুংতিগী | " |
| ২৩। | The Thadou Students' Association Magazine (১৯৭৩) | ইংরেজী অমস্তুং কুকি | চহিগী কলচরেল | মোটবুং |
| ২৪। | Chongsem (বা শন্দোকপা ১৯৫৯-৭৪) | কোম | থাগী ধর্ম অমস্তুং কলচর | লমাংদোংগী চুংশাই |
| ২৫। | Association Voice (১৯৭২) | ইংরেজী | চহি ২/২ গী | ইম্ফাল রাজনীতি |
| ২৬। | O. K. O. (পাউ (১৯৭১-৭২) | ইংরেজী অমস্তুং মাও | থাগী | " রাজনীতি |
| ২৭। | Mothotmi (হৌগৎহনবা) (১৯৪৮ ৬৭) | তাংখুল | থাগী | উখরুল কলচরেল |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ২৮। | Paoyo (১৯৭০) | তাংখুল | থা ২/২গী | সেনারৌখোং |
| ২৯। | TNBC Talla ( খৃ: ১৯৬৪ ) | ,, | চহিদা মরিরক | উখরুল |
| ৩০। | Zingram | ,, | চহিদা ছাত্রশিংনা কোঙবা | দেউলাহ লেণ্ড |
| ৩১। | Shillong Tangkhul Students' Magazine | তাংখুল অমসুং ইংরেজী | ,, | শিলং |
| ৩২। | N. Vনা Editor ওইহনা কোঙখিবা (১৯৬৪ ৬৫) | তাংখুল | সুংতিগী রাজনীতি | উখরুল |
| ৩৩। | চাঙথন (১৯৬৬ ৬৮) | কবুই | থাগী ঈ-পাউ শন্দোকপা | ইম্ফাল |
| ৩৪। | দিচম (১৯৭১) | ,, | ,, | ,, |
| ৩৫। | ম'ইরাম (১৯৫৮) | ,, | ,, | ,, |
| ৩৬। | পলত্তী থুন (খৃ: ১৯৭০) | ,, | থাদা কোঙবা খৃষ্টানগী সাহিত্য | শিলচর |
| ৩৭। | গাইমেচান (১৯৭১) | ,, | থাগী ওইবা খৃষ্টান ধর্ম্মগী চেকোঙ | কোহিমা |
| ৩৮। | দিচম (খৃ: ১৯৫০) | ,, | ,, | তমেংলোং |
| ৩৯। | মাননা (১৯৭২-৭৩) | ,, | ,, | তুইলালেণ্ড |
| ৪০। | Soon sees union Backgrounder (খৃ: ১৯৭৫) | ইংরেজী | থাগী মেগাজিন | ইম্ফাল |
| ৪১। | Wanson (হৌজিকী মতম (১৯৬৫-৬৬) | লিয়াংমৈ | থাখাইগী | ইম্ফাল অমসুং তমৈ |
| ৪২। | চমদিন (১৯৫০ ৬০) | ,, | সুংতিগী | তমেংলোং |
| ৪৩। | Christa Pallai Kuki Herald (১৯৭৭) | কুকি | থা ১/১গী খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা | সেন্তর চর্চ, ইম্ফাল |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪৪। Lhagao Hinna (১৯৭০) | ,, | ,, | মোটবুং অমসুং চুড়াচন্দপুর |
| ৪৫। Thutak AW Valphei Herald (খৃ: ১৯৬৭-৭৭) | বাইবেল | থাগী | চুড়াচান্দপুর |
| ৪৬। M. B. G. News Letter (১৯৭৭) | ,, | থা ২/২গী | ইম্ফাল খৃষ্টান ধর্ম্মগী চেকোং |
| ৪৭। Thuzaka (১৯৭৯) | কুকি | চয়োনগী ২গী জেনেরেল ওইবা | ,, |
| ৪৮। Gam-Tanchin | ,, | থা ১/৯ গী | ,, |
| ৪৯। The Hunter (১৯৭৫) | ইংরেজী | চহিগী অমুক কোঙব্রবা | ,, |

চৌংগী, মীওইশিংনা কোঙলকপা জর্নেলশিং নৈনরগা মথাগী পোইন্ট থরসি কোঙদোকনীংই।

১। জ,র্নল অমসুং খবর অয়াম্বা ইংরেজী অমসুং তোঙান তোঙানবা লোনশিংদা ইংরেজী ময়েকনা কোঙই। চৌংমীশিংগী বাঙাও অমসুং খোম্থোক অদু পৃথিবীগী ওইরবা ময়েক অসিনা কোং-দোকপদা থুদোং চাই। ময়েক অসিনা নাগা অমসুং কুকিগী লোন ময়ামবু পুনশিন্নবা অমসুং চাওখৎলবা মকম অতৈগা নক-শিন্নবগী থুদোং চাবা পী। রোমান ময়েক নত্তবা মৈতৈনা হৌজিক-মক শীজিন্নরিবা বাঙলা ময়েক্তা ইম্ফালদা লৈবা কবুইশিংনা চেকোঙ অমা অনি থোকহনখি। তমেংলোংদা তাবা খৃষ্টান চৎলবা কবুইশিংনা ইংরেজীদা লাইনীং অসিগা মরী লৈনবা চেকোঙই। মৈতৈ প্রজাশিংনা ময়েক চৎহনবা শমদবা, সংস্থান-শিংনা মুক-থায়নবা অমসুং মতম চানা খোঙথাঙ লৌদবসিনা ঐখোইগা লৈমিন্নরক্লবা তমগী মহৈ মশীং হৈরবা কবুইশিংদা পুক্নিং হুম্বহনবা পীরে। মখোইনা মৈতৈলোন্দা পরীক্ষা থাবা, লাইরিক কোঙবা, বা ঙাঙবা অমসুং চেকোঙ মৈতৈলোন্দা বাঙলা

ময়েক শীক্ময়রম্মী। খোঙচৎ অসি হোংদোয়কপদা হুংঙাইতবা কোঙ:দাক্লিংঙাই ওইরে। পুনশিন্নবা মণিপুরগী পাউজেল অছু মাঙলক্লি। রাজনীতিদা শোকহল্লি।

২। চৌংগী লোনশিংদা পুথোকপা খবর অমস্তুং পেরিওদিকেল শিংগী অচৎপা মশীং পুথোকপা ঙমদে। খবর কোঙলিবা লোন্দুগা ঙাঙলিবা মকমশিংগা মরী নৱে। অনৌবা মহৈ হৈরবা ছাত্র অমস্তুং নহারোনশিংনা মখোয়গী কাঙলুপ কন্নবা কোঙবা ঙাকনি। কম অচৌবা পায়ত্রিবা, লাইরিক লাইশু নীংথিনা হৈনত্রিবা কাঙলুপ মচানা চেকোঙ পুথোক্কে। ময়াম, অনাল, মরিং, চোথে অমস্তুং লুহুপ্পাগী কাঙলুপ্পা এসোসিয়েসন শেম্বা অমস্তুং জর্নে-লিজম পায়থংপা ঙমত্রি।

৩। কুকি ( মহৌশাগী মৈতৈনা খোংজাই কৌরম্বা ) জাতি অসি চহি থরসিদা থরা থরা চাউথংলকলে। কুকিদা শাগৈ ওইনা লৈরকলবা হমার, গাংতে, পাইটে, থাদৌ অমস্তুং বাইফৈ-নচিংবনা পাকথোরক্লুনা কাঙলুপ অমমমগী মশক লৌরকলে। শাগৈ অমমমগা মরী লৈমবা চেকোং কয়াম্ভ পুথোকই। মখোইগী মপুং ওইনা লৈবা চুড়াচান্দপুর সাউথ ডিস্ট্রিকনা অচৌবা জর্নে-লিজমগী সেন্তর ওইরে। চুড়াচান্দপুর অসি হৌরম অসিদা য়াম্না পুক্লিং চৌংসন্নীঙাই ওইরকলে। উথরুলবোমগী তাংখুলগী চেকোঙ অমস্তুং তমেংলোংলোমগী কবুইগী য়াউদনা খোং থোপ্পা কুকি-শিংনা শেমগৎপা ওইরে। চুড়াচান্দপুরদা ছাপা নক্ষম তরেৎ শুরে। মকমসিদা ছাপা তৌহুনা জর্নেলিজম চাওথংহনবদা থুদোং চারে। ইম্ফালদম্ভ মকমসিগী মীনা Good willpress অসি war cemetery road তা চলাইরে। ইম্ফালদা থবক তৌহুনা লৈবা মীওইশিং অমস্তুং ছাত্রশিংনা কুকি লোনগা মরী লৈনবা চেকোঙ কয়া ইম্ফালদগী কোঙবনি। Manipur Herald, The hill monitor ( মনিটর ) অসি মপুং ওইনা

ইংরেজীদা কোঙলবস্থ ত্রাইবেল লোলগী মকম থমই। চীংমী-শিংগা মরী লৈনবা ঈ-পাউ মরীক চুম্বা শন্দোকপদা নত্তুনা মণিপুরগী অমস্থুং ভারতকী ওইবা ঈ-পাউ কোঙই।

৪। ত্রাইবেলগী মীওইনা চলাইরবস্থ ইংরেজীতদা কোঙবা চেকোংশিংদি এব: এল: এ ওইরিবা গোগীন্না পুথোকপা (চুড়াচান্দপুর অমস্থুং ইম্ফালদগী) দী রং যোমী, দী রং দেমোক্রেংটিশ হায়বা থাথাইগী চেকোঙশিং খৃ: ১৯৬১-৬৯ দা পুথোকই। হৌজিকস্থ চয়োলগী ইংরেজী খবর থুথাং (দী থন্দর বলত ওফ দী হীলস ইউনিয়ন) পুথোকলি। মহাকনা যো কাঙলুপ অসি মপুং ওইবা থোদাং লৌহন্নবা মায়কৈসিদগী তৌরি।

মণিপুর নোর্থ ডিস্ত্রিক্টকী নাগা ষ্টুদেন্তস এসোসিয়েসননা অরাং থংবা জেলাগী রাজনীতি অমস্থুং লৈবাক ঙাকলোনগী সমস্থা কয়া Association Voice তা কোঙই।

The Hunter কৌবা মেগাজিন অসি খৃ: ১৯৭৫ দা The Naga students' union, Imphal না ইংরেজীদা পুথোকই। তাংখুল, মাউ, কবুই, চোথে, অনাল অমস্থুং সেমা কাঙলুপকী নহারোল ছাত্রশিংনা Voluntary Orgranisation অমা নৌনা শেমলগা নাগাশিংগী সমস্থা অমস্থুং Roll of Honour দা লৈবা মীওইশিংগী কোটো হাপ্তুনা কোঙই। নাগা কাঙবুগী তোঙানবা শককম অমা উংনবা হোংনবা চেকোংনি।

৫। চীংগী লোনশিংদা অমস্থুং চীংমীশিংনা চলাইরিবা চেকোংশিংগী কোভরেজ অমস্থুং প্রদকসন য়েংবদা কাঙলুপশিং অসিগা মরী লৈনবা উই। মপানলোমগী খবরশিং অমস্থুং ইম্ফালগী মৈতৈশিংনা কোঙবা নংহৌদবা নত্রগা ঈ-পাউ কংদবস্থ চীংগী খবর অমস্থুং মেগাজিনদা মরাং কায়না য়াউই। ডিস্ত্রিকী ঈ-পাউ অমস্থুং চীংচুং মাস্থুংগী থোদোক কয়া নৈনৈ। নেসনেল

অমসুং ইন্টরনেসনেল ওইবা পাউদি অচুক হাক্না নৈনৈ হায়রবা ঙমদে। মী থম্বদা অমসুং ইবিনবদা বাংলি।

চেকোঙ থোকহল্লিবা ছাত্রশিং অমসুং শিনলিবা কাঙলুপ অচুবু মন্নী লৈনবা আই: এ: এস: ওফিসার, এম: সি: এস: অমসুং আই: পি: এস: ওফিসারশিংনা অমসুং, লাইন কয়াদা কম পায়রবা মীওইশিংনা ঙাকলৌ পী। মন্ত্রী অমসুং মেম্বর কাবা কাঙবুনসু থোইদোক হেন্দোকপা মতেং পীবদগী জর্নেলিজম মশীং হেনগৎখিবনি। হৌরকপগী অমসুং অথোইব নুমিৎ থোকপগা নকনবা চেকোঙদদি ভি পি আইশিংনা পাউজেল থারিবনি। অপুনবা মণিপুর ওইবগী শকখম থমলি। ঙাঙনবা (spoken) লোন ওইরম্বদগী চাংমীশিংগী লোন হৌজিক Literary (সাহিত্যগী) ওইরকপা মতাং চংলকলে। লোন থরদি ক্লাস আইট ফাউবা লাইরিক ইনগ্রে। ট্রাইবেলগী লোন শন্দোকনবা এ, আই, আরগী প্রোগ্রামদা অমসুং মণিপুর সরকারগী পব্লিসিটি সেকসনদা হন-দোকনবা ট্রান্সলেটর কয়া থমগ্রে। ডিস্ট্রিক্ট থুদিংদা লোন অচু শনদোকপদা মুংঙাইনবা ওফিসারসু থমগ্রে। চাংগী লোন অয়া-ম্বদা ঈ-পাউ শনদোকনবা অকনবা থোংথাঙ লৌথংলি।

চেফোঙশিং অসি নৈনবদা চাংমী ঈচিন ঈনাওশিংগী মরক্তগী শৈরেং ইবা কবি কয়া থেংনৈ। বারীমচা অমসুং নবেলনচিংবদা চংশিনবসু য়াওরকনী থাজে। হান্নগা ব্রিটিশ ওফিসার থরনা লোনগী অমসুং এনথ্রোপোলিজিগী শরুক্তগী লাইরিক থরা ইতুনা থাইবশিং অসি মশক উংলম্মী। কাঙবুশিং অসিগী মীওইনা অকুপ্পা রিসার্চ কয়া তৌতুনা বিষয় কয়া থোকহল্লীংঙাই ওইরি। জর্নে-লিজমনা মতুগী মুমকমনি।

য়াউরিবা হীরম, ষ্টাইল অসুং পাহম্নীংবগী শক্তি অচু ইরিবা মীওইশিংদগী লাপথোকনবা য়াদে। হৌজিকমাক্ত মরা চৎপা মীওই অমা অনি নত্তনা পংয়াম য়ামদ্রি। জরনেল অয়াম্বা

খৃষ্টান ধর্ম্ম অমসুং ত্রাইবেলশিংগী রাজনীতিগা মরী লৈনৈ। জনে'লিজম অসিদা থরায় য়াউবা মুপীশিংসু পাংয়াম য়ামম্রি।

প্রেদক্সন থাক পাংবাং বাংম্রি। ছাপা নত্তনা সাইক্লোষ্টাইলদা লামাই মচা অমা অনীদং ফোঙগবা কয়াসু থেংনরী। ফোটো, অয়েকপা পোংথোক অমসুং মথুম লামাই অদু ডিজাইন তৌরবসু য়েংবদা পাংয়ো য়ৌম্রি।

৬। অপুনবা মণিপুরগী সভ্যতাদা চৌংগী খুদোন চাউনা লৈরকই। জনে'লিজমগী হীরমদসু চৌংমীশিংগী থোদাংনা হেন্না মশক থোকহনবা অমসুং খোঞ্জেন কনহনবা ফংই। মথন মথেন কয়াদা জনে'লিজম পুথোক্লবসু মৈতৈ জাতি অমসুং মৈতৈলোনগী অথোটবা ঈচেনগা লাপথোকনবা উরকনে। চৌংমী অমসুং অম্মীনা মতেং পাংনত্নুনা হান্নদগী চেষ্টরক্লবা ঐথোয়গী ঈনাং অদু কনথংহনবা চুমই। কলচরগী থোংদা খৃষ্টান লাইনীংগী ঈহৌদা চৌংগী মী পুম্বা তমগী হিন্দু লাইনীংবু তাথীবা অমসুং রাজনীতিগী থোংদসু নাগা অমসুং কুকি কাঙলুপ অনী চৌংনবা উই। থরনা মীজোরামদা মণিপুরগী মীজো তাবা লম হাপচিনবা; থরনা নাগা তাবা লমশিংনাগালেণ্ডদা তিনুশীনবা কন্না হোংনরি। রাজনীতিগী ঈরৈদা মসুন্না হমখিবদা তমদা লৈহৌবা মৈতৈগী ফীবম কনবা বাগনি। Integration গী ফীদম ওাকপা ওমলোই। হান্নগী মেপ থুগাইবা অমসুং জাতি মুথংনবগী থোরাং অসি মহৌশাদদি তৌনরক্কে। চৌং-তম হাংনবা অমসুং মাইনোরিটি তাববু অকনবনা লাকশনবা ঐথোইগী ইতিহাসতা ফংদে। পুন্না থম্মিননবা অমসুং পুন্না হিংমিন্নবদা চৌংগী লোন্দা ফংবা জনে'লিজমশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌবিগনি থাজে।

## (৫) ঐখোয়গী লৈপাক্তা ছাপা নম্বগী অরিবা অমসুং হৌজিক্কী ইতিহাস

ব্রিটিশনা মণিপুরগা নকন্থনা পোলিটিকেল এজেনসিগী মকম হাংদুনা লম অসিগী অকুপ্পা রিপোর্ট অমা ইষ্ট ইন্ডিয়া কম্পানিদগী ছাপা তৌদুনা —হেক হেক পিখৎলি। চ'হগী রিপোর্ট অমা কলিকটা অমসুং শিলোংদা ছাপা তৌই। মি, দমেন্ত বি, এ, বি, সি এসনা মৈতৈ ময়েকসু রোয়েল এশিয়াটিক সোসাইতিগী লামায়দা কোংদোকলি। ডা, গ্রিয়ারসনগী লিংগুইসতিক সরভে ওফ ইনদিয়াদসু শবাং পণ্ডিতনা লানখৎখিবা মৈতৈ ময়েক অমসুং সংস্কৃতগা নক্নবা আরতিকল কয়া সাহেপশিংনা খু: ১৮৯১ দা মমাং অমসুং মতুংদা কোংদোক্লি। বেঙ্গলগী কাংবুসু মণিপুরগী নোং-তম লাসগী মরমদা মরিক চুম্না বারেং, শৈরেং অমসুং ইতিহাসপু মশক তাকখিবা থবক অমসুং চেকোং কয়াদা নৈনখি। খু: ১৮৯১ দগী মৈতৈ ময়েক মুথৎতুনা বাঙ্গলা ময়েক চংশ্রে। হৌজিক ফাওবা মৈতৈ ময়েক্কী তাইপ্তা ছাপা পুথোকপগী মত অমা পাংথাক্লদ্রি।

মণিপুরী লোলগী অহানবা চেকোঙ থোকখিবসি প্রতাপগড় অমসুং কছারদগীনি। অাগরন অমসুং মৈতৈ চমু অসি লিথোক্তা বাঙ্গালি লোলদা কোঙখিবনি। মণিপুরদা সিলেক্তা প্রেস হাংদোকপদা লুনা থোকখিদে। হাওদিজাম্বা চৈতন্যনা সিলেক্ত ছাপা তৌদুনা ইতিহাস মচা অসিনা মৈতৈ মচানা ইবা লাইরিক কোংবা অহানবনি। খু: ১৯৯৫ দা পণ্ডিত মকর সিংহনা বাঙ্গালীদা অহানবা ছাপা তৌদুনা পুথোক্লগা চহি কুইনা মৈতৈ মচাশিংবু তমহনখি। খু: ১৯১২ দা উইলিয়ম পেটিগ্রু সাহেবনা ইংরেজীগী নমুনা লৌদুনা মৈতৈলোন ব্যাকরণ লেংখি।

মণিপুরদা ছাপা তৌদুনা কোংবা ইহান হানবা লাইরিক্তি সোরোখাইবম ললিত সিংহগী অরেপ্পা মরুপনি। লাইরিক্কী

মথুমদা মচু হাপ্তুনা পুথোকখিবনি। লোইতোংবম কালাচান্দ সিংহনা খৃঃ ১৯৬২ দা মচু পুম্বা মাগী অকোংবা লাইরিক অতাংগী ড্রামা মচা অহুমগী চেথুম অমসুং লাইরিক মমুংদা অহানবা ওইনা হৌদোকখি।

লিথো য়াম্নখংলক্কনা লাইরিক মখিং অমসুং চেকোং মশিং য়াম্না হেন্না থোকহল্লে। খৃঃ ১৯১০-১১ দগী অণিকপা প্রেস অমা ইম্ফালদা লৈরক্লে। সরকারগী চৎনবা ফোর্ম, বিল অমসুং মশৌ লৈনবা চে কয়া নমলমই।

প্রেস অসি ফাকৈখেন্দা শংলাকপা শ্রীভুবনচন্দ্র জ্যোতিষা-র্ণবনা লিংখৎখিবা অদুনি হায়না থাজনৈ। খৃঃ ১৯১৪—১৫দা নহা অমা কলিকতাদা সরকারনা খরচ তৌদুনা ছাপা নম্বগী ট্রেনিং তৌহল্লি। মহাকী সিনা অহানবনি। মহাকী ট্রেনিং লোইরগা শিলোংগী গোভর্ণমেন্ত প্রেসতা এপ্রেন্টিশ ওইনা লৈ হায়না রিপোর্টতা য়াওই; ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেসকী শঙ অসিসু খৃঃ ১৯১৭—১৮ দা শাবা লোই। অণিকপা প্রেস মচা অনী সরকারনা লৈরগা থম্মনবা থোরাং তৌই। খৃঃ ১৯১৮—১৯ দা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস লিংখৎলক্কনা সরকারগী মশৌ লৈনবা থবক্তা নত্তুনা লম্নাইগী ছাপা তৌবদসু য়াওই। রিপোর্ট নম্বা অসিনা খ্বাইদগী চাওবা অমসুং তঙাই ফদবা থবক ওইখি।

খৃঃ ১৯২৮—১৯ ফাওবা হেন্দ প্রেস (থুংকী প্রেস) ওইরম্মী। খৃঃ ১৯২৯—৩০ দা অনৌবা দবল দিমাই বাহারফেদেবল প্রেস হায়বা দোওসন পেহনি অমসুং হন্নিওটনা পুথোকপা অমা ইংলণ্ডগী পুরক্কনা ছাপা শঙদা থমই। মসিদা স্কুলগী টেক্স বুকময়াম নমদে। মপানলোমদা চৎনব্রে।

ইলেকট্রিক পাবার লাক্তবদা থুংনা থোই; মসিবু ষ্টেরো-টাইপিং মেচিন, প্রুফ প্রেস অমসুং কন্তিং মেচিননা মতেং পাংদুনা পোংথোক য়াম্না হেনগৎকনখি। মমল য়াম্বা ওর্ডর কয়াসু লৌখি।

খৃঃ ১৯৩০-৩১ গী এডমিনিষ্ট্রেটিভ রিপোর্টতগী ঐখোয়না খঙবদি মখুন হুৎনবা মেচিন অমসুং লাযাই শেমগৎনবা মেচিন লৈরে। জেলদা লৈবা লেবর কাদোরনসু ইলেকট্রিক য়াদবদা মেচিন থোই। মথংগী চহিদা কমপোজিটর মশিং য়ামখৎলক্লে। প্রেসকী সুপরিন্টেন্ডেণ্ট অমা দরবার মেম্বর অমগী মথাদা অহানবা শেমগৎতুনা বাহেংবম য়ুমজাওনা ওইরে। মণিপুর ষ্টেটকী গেজেট ইংরেজী অমসুং মণিপুরীদা নমদুনা ষ্টেট ওফিসনা ফোংবা হৌই। হাপতোক হাপচিন নত্তুনা মরুওইবা নোটিস অমসুং বারেপ কয়াসু ফোংই। খৃঃ ১৯৩২—৩৩ দা প্রেস অসি মপুংফাবা সরকারগী ডিপার্টমেণ্ট অমা ওইরে। মখাগী চংবা খরচ, বিল অমসুং ফোর্ম নম্বা অমসুং ইডুকেসন ডিপাঃগী টেক্স বুক নম্বদু পললি। খৃঃ ১৯৩৩—৩৪ দা সরকারগী থবক্তা নত্তুনা লনাই থবক প্রেস অসিদা তৌবদা লুপা ১২৪/- থমফম থোকই হায়রে। লাইব্রিক নম্বগী য়োনবগী হিংসাব শেংনা ফোংলে। খৃঃ ১৯৩৬—৩৭ তা প্রেসকা ফোনবা লাইব্রিক শঙ অমা চাওনা হাংদোক্লে। খৃং ১৯৩৯—৪০ দা সরকারগী প্রেসতা মৈতৈলোলগী লাইব্রিক য়ায়া নমদুনা পুথোকপগী বা থেংনৈ। তাং ১৯-৭-৫৯ দা মণিপুর সরকারগী বারেপ ২২ ওইনা মণিপুরদা আসাম প্রেস এক্ত চৎকনি ফোংদোকই। লায়া থরা অকাইবা পীরবসু হায়গী থবক কাইদনা চৎথরকই। ২ শুবা লানজাওগী মসুংদা লানগী অতৈ বার ফোরমগী চে নম্মী। পরিক্ষাগী বাহং, কোর্টকী স্তাম্পসু নমই। চৌজিক ফাওবা এম, সি, এস, ওফিসার অমনা সুপরইনটেন্দেন্ত পুদুনা তোঙানবা ডিপার্টমেন্ত অমা ওইনা থবক পুরি। খৃঃ ১৯২৬ তা মপুং ওইনা সরকারগী পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্ত অমা হাংদোকখি। তোঙানবা ডাইরেক্টরেত থমলে।

মথক্তা সরকারগী প্রেসকী হাপথৎলকপা অমসুং পাংথোকখিবা থবক কয়া পনলে। খৃঃ ১৯৩০ দা মণিপুরগী ওইবা পনবা

য়াবা চুড়াচান্দ প্রিন্টিং প্রেস লিংখৎখি। আসাম পুম্বগী ওইনা দৈনিক মণিপুর কৌবা মুংতিগী চেকোং কোংবা হৌখি। ললিত মঞ্জরী মণিপুরী অমসুং কলচরগী ওইবা চেকোঙ কয়াসু প্রেস অসিদগী পুথোকখি।

পুলিসলেন্দদা বাই প্রেস কৌবা অমা লৈরম্মী। মসিদগী য়াকাইরোল নমতুনা সাহিত্য অমসুং লোন চাওখৎনবা থবক পায়খৎখি। লিথো প্রেস কয়া ইম্ফালদা থম্লতুনা পলেম (১৯৪৭-৪৮) চে কয়া পুথোকখিবগী বা মথক্তসু পনম্লে। তরুন প্রেস, রোয়েল, মণিপুর প্রেস, ফ্রেন্দস ইউনিয়ন প্রেস ('৪৬), নিউ ষ্টার প্রেস লিংখৎলকপসিনা লম্লাই ওইনা লাইরিক কোংবা অমসুং জর্নেলিজমগী থবকতা থুমাং চাওশিনবা ঙমহনখি। ললিত বীহারী প্রেস হায়বা অম এলাংবম লৈকায়দা থমখি। এইচ, নবদ্বীপচন্দ্রনা উরিপোকতা প্রিন্টিং লিংখৎখি। মসিগী পোৎচং মথৈনা মমৈথংদা চৌত্রাঙ্গদা প্রেস শেমগৎতুনা থবক ফোংকম ওইরকখি।

প্রেস অয়াম্বা কীবম অচেৎপা ওইখি। সগোলবন্দ, য়াই-স্কুল অমসুং কৈশামথোংনা মরুওইবা কেন্দ্র ওইখি। ইম্ফালগী নোংপোক থংবা শরক্কা শিংথানবা ওইনা প্রেস থম্বা অমসুং লাইরিক কোংবা পায়খৎখিদে। মতম খরদং য়াইস্কোলদা পোপুলার প্রেস, লমলোংদা ইষ্টর্ন প্রিন্টিং প্রেস (১৯৬৮) থনমই। গভর্ণ-মেন্ত প্রেসকী নিলাম লাউবা মচাক খরনা থম্বালথোংদা মীতৈ মরুপ প্রেস থনমই। মতুং সেগা লম্বীদা টি, বকুলনা পুখি। চন্দ্রকতা লমলোংদা থোংনাংথাবা প্রেস কৌবা অমা লিংখৎখি।

খৃ: ১৯৪৮ — ৭৫ ফাওবদা প্রেস মশিং য়ামথোকপা উরে। লাইরিক হৈনরকপা অমসুং নোংচুপকী শিক্ষা কম্না চৎনবদগী ছাপা তৌবগী মমল য়াম্না কায়না কংলে। চাক চানবা, লুহোংবা, সষ্ঠি অমসুং থোদোক কয়াদা পত্রনা নিমন্ত্রণ তৌবা

ছায়হুনা ছাপাগী বাৰ্ত্তা নঙ্গগা খুৎনা ইবা পাওনা, কানা বাৰ্ত্তা ভোৰা শিনৱে। ইম্ফালদা নত্তনা লবাই, থবাই অমসুং চীংগী মফমদসু ছাপা কয়া শিজিন্নবদগী চে অমসুং ছাপাগী মথৌ হেনগৎলক্লে। হৌজিক্তা ইম্ফাল সহরদা কংলিবা প্রেস অসি ওল মণিপুর এসোসিয়েসন [১৯৬৫-৬৬] গী মেম্বর ওইবা মথৈ অমসুং ইন্দসটি্র ডিপার্টমেন্টতা রেজিষ্টার লৈবা অমসুং রিটেল পীবা মশিং মথৈ মখাদা পীরি।

(১) ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ম প্রেস, মোইরাংখোম, (২) চুড়াচান্দ প্রিন্টিং প্রেস, সগোলবন্দ, (৩) গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেস, পাউনা রোড, (৪) তরুন প্রেস, পাওনা বাজার, (৫) বিনা প্রেস, কৈশামথোং, (৬) নেসনেল প্রেস, পাউনা বাজার, (৭) গীতা প্রেস, শিংজমৈ, (৮) সোল প্রেস, শিংজমৈ, (৯) সেভেন ইউনিয়ন প্রেস, পাউনা বাজার, (১০) নোভেলতি পি্রন্টিং প্রেস, পাউনা বাজার, (১১) কো ওপরেটিভ প্রেস, মসজিদ রোড (১২) দেবলা প্রেস, পাউনা বাজার, (১৩) সোসিয়েল লুখোই পিন্টিং বার্কস, পাউনা বাজার, (১৪) পেরেদাইজ প্রেস, পাউনা বাজার, (১৫) বীজয় পে্রস, মসজিদ রোড, (১৬) ফ্রেণ্ডস ইণ্ডসটি্রয়েল প্রেস, পাউনা বাজার, (১৭) মণি-পুর ইন্দসাত্রিয়েল প্রেস, পাউনা বাজার (১৮) সনা লৈবাক ইন্দষ্ট্রিয়েল প্রেস, উরিপোক, (১৯) ত্রাইবেল মৈতৈ প্রেস, উরিপোক, (২০) জে: এম: প্রেস, মোইরাংখোম (২১) চন্দ্রহাস প্রেস, মোইরাংখোম, (২২) মুখি প্রিন্টিং সেন্টর (বার্কস), শিং-জমৈ, (২৩) নারায়ন প্রিন্টিং বার্কস, বাহেংবম লৈকাই, ইম্ফাল, (২৪) গোপাল প্রেস, খোকচোম লৈকাই, (২৫) থনেম্নরী প্রেস, মৈনো লৈরক, (২৬) ফাইন প্রিনটিং বার্কস, বিজয় গোবিন্দ, (২৭) ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম, মোইরাংখোম, (২৮) সরস্বতী পে্রস, টিদিম রোড, (২৯) শ্রীপ্রেস, পাউনা রোড,

(৩০) ইম্ফাল প্রেস, পাউনা বাজার, (৩১) ইউনাইতেদ প্রেস, (খোয়াও) য়াহেংবম লৈকায়, ইরাবত মেমোরিয়েল প্রেস, বিঃ টিঃ রোড, (৩২) স্বরাজ প্রেস, (প্রজাতন্ত্র) উরিপোক, (৩৩) আজাদ প্রেস (অনৌবা সমাজ), পাউনা বাজার, (৩৪) মণিপুর ষ্টেসনরি এণ্ড প্রিন্টিং ইণ্ডষ্ট্রিজ, থাউ নাগমপাল, (৩৫) সীমান্ত পত্রিকা (শান্তি) প্রেস, কংগ্রেস ভবন, (৩৬) নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং বার্কস, পাউনা বাজার, (৩৭) বরডা প্রেস, পাউনা রোড, (৩৮) শর্ম্মা ইউনিয়ন প্রেস, পাউনা রোড, (৩৯) ডাউজি মেমোরিয়েল প্রেস, পাউনা বাজার, (৪০) 'হাইলেণ্ডরস প্রেস, চুইলালেণ্ড, (৪১) বি. দি, প্রেস [নাগরিক পন্থ], নাউরেমথোং, (৪২) ইষ্টরন প্রিন্টিং এণ্ড এলাইদ ইণ্ডষ্ট্রিয়েল প্রেস, কোঙ্গুং লম্পাক, (৪৩) মণিপুর প্রিন্তরস এণ্ড মেনুফেকচরস' প্রেস, থাঙ্গাল বাজার, (৪৪) চুল'ভ প্রেস, শগোলবন্দ, (৪৫) লুয়াংশংবম প্রেস, (মীতৈ মরুপকী প্রেস, (৪৬) ইমা লৈবাক প্রেস, হোসপিতাল রোড, (৪৭) লোমী প্রেস (সনা লৈবাক) কাংলৈবুং মনাক, (৪৮) মহাভারত প্রেস, উরিপোক, (৪৯) চীত্রাঙ্গদা প্রেস, [মুৎপ্রবা] থাঙ্গাল বাজার, ওসি খবর নম্বা, (৫০) বীজয় প্রেস, [মুৎপ্রবা] শিংজমৈ [ উন্নম তৌবা অমস্তুং থুংনা চলাইবা প্রেস মশিং থীগৎপদা ওমনত্রে ] ৫১) দি আর্ট প্রিন্টিং বার্কস, ইম্ফাল, (৫২) মোরদন প্রিন্টিং প্রিন্তরস, থাঙ্গাল বাজার, (৫৩) গুডউইল প্রেস, বার সেক্রেটরী রোড, ইম্ফাল, (৫৪) শিব প্রিন্টিং বার্কস, মপাল কাংলৈবুং, (৫৫) পি, সি. জৈন প্রেস, থাঙ্গাল বাজার, ইম্ফাল, (৫৬) ইষ্টরন প্রিনটর্স, লমলোং, (৫৭) রেসিডেনটিয়েল প্রেস, লুয়াংশংবম, (৫৮) নারী সেবা প্রেস, নাগমপাল, (৫৯) ইষ্টযোন প্রিন্টর, কৈশামপাৎ, (৬০) প্রভাব প্রেস, পাউনা রোড, (৬১) চিত্রা প্রেস, য়াইস্কুল, (৬২) সিদলৈমা প্রেস, কৈশামপাৎ, রেজিস্তার তৌদবা কয়াম্ব

লৈরি। প্রেস মখল অনী অসি ফংই। ককচিংদা (১) নীল্লাশিং মেমোরিয়েল প্রেস, (২) চন্দ্রসিংহ প্রেস লৈরে। (৩) এম, গোয়েংকা প্রিন্টিং বারকস। খুঃ ১৯৭৪ দা লমশাংদা প্রেস অমা ইণ্ডস্ট্রিগী মন্ত্রীনা হাংদোকখি। বিষ্ণুপুরদা বিষ্ণুপুর প্রেস লিংজনা থবক চংথবা হৌরে। চুরাচান্দপুরদা মীশনগী জরনেলিজম মখল কয়া, নোংচুপকী মইহ ফংবা অমসুং কাংলুপ কয়া তাব অনৌবা মকম ওইবনা প্রেস কয়া থোকপা উই। (২) L. R. Press [১৯৬০], (২) সেবা প্রেস [১৯৬২], (৩) কনবেনসন প্রেস, [১৯৬২], [৪] সিয়েলমন্ত প্রেস [১৯৬১] (৫) জ অমসুং চিংথম প্রেস, [১৯৭১], (৬) চুরাচানদপুর কো ওপরেটিভ প্রেস [১৯৭৪] অমসুং (৭) কুক পারিশিং প্রেস [১৯৭১] অসি ফংই। অরিবা থরদি থবক লেপ্তুনা মশিং অমদা তিনখ্রে। চৌংগী প্রেসশিং রোমান ময়েক শাকনি। মৈতৈ ময়েকী কিচর লৈত্রে। সাই-ক্লোস্তাইল তৌনবা থুংনাইদি সরকারগী ওফিসশিং অমসুং মশক নাইবা সংগঠন অয়াম্বদা থমরে। চুরাচান্দপুরদা নহবা চৌংগী মরু ওইবা সেন্তরদা ফংলে।

মণিপুরদা চংলিবা press শিংগী শকতম অমসুং থবক তৌবা মীওইশিংগী ওলব অমসুং অধিকারনচিংবদা মথাগীশিং অসি ফংই।

সরকারগী Press তা থবক তৌবা মীওইশিংগী এসো-সিয়েসন অমা লিংজনা মখোইগী অসুমন, থবক তৌবা মতম অমসুং অধিকার কয়া তাম্নবা থবক চংথরী।

লম্নাই press কীসু এসোসিয়েশন লিংজনা মখোয়গী তৌকম থোকপা কয়া থম্নরি। মণিপুর সরকারগী ইন্দস্ট্রিজ বিভাগতা স্মোল স্কেল ইন্দস্ট্রিজ এক্টকি মথাদা রেজিষ্টার তৌবমখৈ সর-কারগী মীংয়েং চংই। লোন পীবা, চহীগী রিপোর্ট তানবা অমসুং press অদুদা থংনচৈনবা লাকপদা সরকারনা বিচার তৌবা অমসুং থবক শুবশিং অদু সরকারগীগা মাপ্পহনবা মতং

ফংই। মউ লিংখ্রিবা অমসুং রেজিষ্টার তৌদবা প্রেসকীদি থবক শুবগী কজবা তলব অমসুং অধিকার ঙাম্বা মওং লৈতে। মতম মতমগী ওইনা press অমদগী অমদা চোংবা, থবক লেপ্পা অমসুং মুথৎপা য়াবগী মওংসু তোইনা থেংলৈ। থুংশুমনগী ফীবম চেংহন্নবা শেমগৎকম য়াম্না লৈরী।

2. Government press, ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেসনচিংবদা ব্লোক শাবগী থবক কজনা হাপকৎলে। মেচিনসু ইলেকট্রিকনা থুংলোয়হনবা প্রেস মথল য়াম্লে। থুংনা নম্বগী মশিংনদি হেল্লি। ময়েক মেচিনগী শরুক অমসুং মচাক্তা ভারতকী সহর অতৈদগী পুথোরকই। নোংচুপ লম চীনা অমসুং জাপাননচিংবগী মেচিন মণিপুরদা ফংদে। মেচিন তেক কায়রগা শেম্বা মেকানিষ্ট অহৈবা ইরৈ লৈত্রি।

বাঙ্গালী, হিন্দী অমসুং ইংরেজী ময়েক্তা থবর, মেগাজিন অমসুং লাইরিক নমলৈ। ইংরেজী ময়েককী য়াম্না চাওথৎপা মকোক মতোন নমনবা মার্ক ময়েক লৈপনা [ইটালিসাইজ] নম্বা অমসুং পোইন্ত ওইনা নম্বগী মওং কংত্রি। ইরাবত মেমোরিয়েল প্রেসকী নৌনা থম্বা মেচিন অসিনা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা শক্তি লৈবা ওইবা কংই। হৌজিক ফাওবদা মণিপুরগী ওইনা টেলেপ্রিন্তর থুংলাইগী থুদোংচাবা লৈত্রি। টেলিগ্রাফকী থুংলাই অসিনা অরাপ্পগী পাও থাবা অমসুং নমথোকপদা মতম চংহল্লে। মাংলিবা হীরম অসিদসু ষ্টেট ওইরক্রবা অপুনবা চীংগা তমগা থুংশন্নহুনা মেনশিংকোন হায়না থল্লি।

৩। মণিপুরগী মশাগী ওইবা থবাই পুথোক্নবা ময়েক লাক্কবা য়াদে। মৈতৈ আরটিশশিংনা মণিপুরগী দৃশ্য থায়নগী আর্ট, উচেক ১সুং শা, ঙা অহু য়েক্লগা ব্লোক শাহুনা ছাপা তৌবদা থোইদোকপা মুংঙাইনিংঙাইনি। ময়েকী মরমদা ওর্গেনাইজেসন মশেন থৎনহুনা সরকারগী ফীরেপ লেপত্তরি। মরক

মরকতা লম্নাই সংস্থানশিংনা মৈতৈ ময়েকতা ছাপা তৌদুনা চে অমসুং লাইরিক ফোঙদোকই।

খৃ: ১৯৪৭ তা ময়েক ৩৫ গী অদু হৈবীনা শাই, চিত্রাঙ্গদা প্রেসতা উনম তৌদুনা মৈতৈ ময়েকী লাইরিক ফোংদুনা ময়াম তম্নখি। মৈতৈ ময়েক থিগৎপা অমসুং শন্দোকপা কাঙলুপ কোংবা মনাক নাইন্নবম লৈকাথমা সাইক্লোষ্টাইলদা লাইরিক অহানবা অমসুং অনীশুবা ফোংই। মৈতৈ কলচরেল এসোসি-য়েসন ময়েক শন্দোকপা কাংলুপ বাংথৈনম্ব লিখোদা থবা পুথোকই। স্বরাজ প্রেস নেসনেল প্রেসতগী সংগঠণ থরনা মৈতৈ ময়েক নমদুনা লাইরিক ফোংবা থেংনৈ। ময়েক তরা-নিপাল চৎপা কাংবুনা ( মখোয়না অশেম্বা থরনা ) ছাপা তৌদুনা শগোলবন্দগী ফাইন প্রিন্টিং বাক'স অমসুং কো-ওপ-রেটিভ পব্লিসিং সোসাইটিনা মণিপুরদা ফোংই। নাউরিয়া ফুলোনা পুথোকপা ম.য়কশিং অসি মৈতৈ মরুপ সেগা লম্বেল অমসুং লুবাংশংবমলোমদগী লাকই।

হৌজিক্তা মৈতৈ ময়েকী ওইবা মপুংফাবা মেকানিজম তৌবা প্রেস লৈত্রী। কাই তৌবা মৈতৈ তাইপ ঐখোয়না মপানগী থীয়ামদা উৎফম থোকই। অদুবু অবাবদি মসিগী মতাংদা উৎপা ওমত্রি। উনম অমসুং সাইক্লোষ্টাইলদা থর ফংবা নত্তনা তাইপ অমসুং ছাপাদা চংশিনবা ওমদবা অসি লৈবাক্কী লাইবক থিবনি। ময়েক থরদি মিশিংদা শাদুনা লম্নাইগী ওইনা থমনরে হায়বা পাঙ্ক ফংই। দরকার লৈবা মীনা লম্নাই বাইবা অমসুং ফজনা শেম শাবা প্রেস ওইনা থমদবদগী মতৌ চংলি। তোঙান তোঙানবা ওইজবা ইতিহাস অমা তারক্লবা ঐখোয়না খৌরাংনা ওাইরি। শক্তম ফজনা উৎহৌসি।

লৈবাক্কী ইমরজেনসী মতমদা সরকারনা য়েংশনবগী থবক চংথবনা থবর কাগজ, মেগাজিন অমসুং অথরাইজ তৌদবা চে

মমলুবা প্রেস অপুম্বা থিংজনবা ংই। কাওলুপ; ধর্ম অমসুং রাজনীতিগী য়াওনগা ইরোইননা প্রেসকী কীডম হোংবা ঊই। প্রেসকী নমকম অমসুং সলমান কানা ভাকপা অমসুং অপুনবা কিবম হায়গংহনবদা অচৌবদা ংখোদাং লৌবদু ঐখোইগী লৈবাক্তা সাধারণ প্রকাশিংনা পামই।

(৫) অতোপ্পা শরুগদবনা ইংরেজীদা হেঙ মেচিন হায়বসিদা হকচাংগী শরুকনা খোবা ইলেকট্রিকনা পাৱার পীদবমখৈ পনবা য়াই। মথাংথৈদা খুংনা লৈতুনা খোবা প্রেসমু লৈরম্মী। হৌজিকনা খোঙনা খোবা মেচিন অয়াম্বা লৈনরে। মৈ লাক্ত-বদা নমখোকপগী অশোয়বা অমসুং পুখোকপা ওমদবা কয়া লৈরি। প্রেস অয়াম্বদা ককনবগী মেচিনসু থমনরে।

(৬) ভারত্তা প্রেস কাউন্সিল লিংতুনা জর্নেলিজমগী চপচাবা থাক অমা থমনবা হোংনখি। মদু মুখংথিবগা লোইননা থা ১৯ থক ইমরজেন্সী চলাইবদা মনীং তম্বা শকওং লৈরুদে। চেকোং থিংজনবা অমসুং জেলদা থম্বসি ভারতকী মকমদা নত্তনা মণিপুরদসু তৌখি। মিশাদা কানবা রানীং কয়া পীখি। জর্নেলিস্ত কয়ানা অমম্বা যুগ কোকনব খোদাং লৌখি। ভারতনা নীংতমখিবদা মখোইগী খোদাং চাউরি। আমেরিকাগী Mr Richard Nexon না কম থাখিবগী মখোইগী থবক্তগীনি।

গনতন্ত্রগী মওং হায়া লাকলবদা মখোইদা পীব খুদোং-চাবা কয়া হজিনহললে। অচৌবা অমসুং অরুবা খোদোক কয়া প্রেসকী ওইনা চংহনলি। প্রেস ইন্সটিটিউট কয়া শিন্দুনা পেরবা তাওহনলি। প্রেসকী ওইবা মীহুৎসি মণিপুরনা ভারততা তিন-থিতৈনদি ওসি প্রেসতগী মী অমা Assam Press Advisory Board য়াউরম্মী। হৌজিকতি Press কি Association অমা শেমরে। থুংতিগী চেকোতাশিংগী মীহুৎশিংনসু খোদি শেমদুনা জর্নেলিজম থম্ন লৈনবা ৎতাৱে। মাসদা থৈতেলোনগী

খবরগীদা নংতনা অচৌবা ইংরেজী খবরশিং—Hindustan Standard, Amrita Bazar Patrika, The Hindu অমসুং হিন্দুস্থান সমাচারনচিংবগী মীহুৎ য়াওই। হিন্দুস্থান সমাচারগী ২৫ শুবা মপোক ১৯৭৫ গী এপ্রিল ২০ দা ইম্ফালদা পাংখোকখি। চিক মিনিষ্টরগী প্রেস সেক্রেটরী অমসু হাপখ্রে। অমসুং চেকোওগা পব্লিসিটি অমসুং পব্লিক রিলেসনগা মরী লৈরৈ। প্রেসকি এসোশিয়েশন অমা লৈরে।

(৬) পব্লিক ওপিনিয়ন (খ্বাইগী মত) দা য়াহৈ খরদং—

মথক্তা নৈনখিবা চেকোওলোন অমসুং প্রেসকী মশক নৈনখিবশিনা ঐখোয়গী লমদমদা খ্বাইগী মত কোওদোকপদা খুদোং চারকলে হায়নীংই। নিংখো পানলিজৈ অমসুং ব্রিটিশনা লৈবাক্কী তাকলোন তৌরম্বগী মওং অহুদগী অসুম হোওলক্তুনা ভারতকী স্তুত অমা অমসুং পৃথিবীগী মকম কয়াগী ঈ-পাউ অমসুং মত কোওনরকলে। লমদমসিদা পাউ খাবাসি খুম্নুনা তৌনরম্বনি; য়ুমথোও খুদিং চৌম্বাং রৈয়না শন্দোকনরম্বনি। হৌজিক্কি বিজ্ঞানগী পোখোক কয়া শীজিন্নরক্লে। গ্রহ, উপগ্রহ, অমসুং অতোপ্পা জগৎ অমগা পাউ লৌনরকপগী মথি উরক্লে। অহুম ওইনমক মীতৈগী শাজৎ লিচৎ অমসুং কাওলুপ অমা ওইনা লেপচবগী মশাক্তা নিংখো পানলিজৈ মওংদা ওইবম্বতু পংহোং হোংদে। মতু হিংগৎতনবা ইহৌ করাম্ব থোকলকই। হায়রীদা অকবা মচাক য়াউবতু মাওহন্দনবা থিগৎনরকই। মওং নংতবা মচাক (Matter) য়েংলবস্থ মকম অমসুং মতমগা ইয়োইনবা হৌরম কয়া মথি তারকই।

## ওপিনিয়ন শেমগৎপা

চেকোওশিংগী ইডিটোরিয়েল, আটিˊকল, মিদল, লাইরিক মশক তাকপা সম্পাদকতা পীবা চিঠিশিংদা মত ফোঙহনা অচুম অরান লৌনৈ অমসুং সজেশন পীরি।

সম্পাদক—খবর নত্রগা মেগাজিন অদুগী মুংশেননি। সম্পাদকনা চেকোও নত্রগা মানা লেপলীবা সংস্থান্দুগী ফিরেপ উৎলি। মণিপুরগী চেকোওশিংদা সম্পাদককী মত কজনা পুথোকপরা হায়বদু হায়বা ওয়রি। পাˊটিগী ফিরেপতগী ইনবা কংই।

রিভিও—সমালোচনা অসি চেকোও কয়াদা লাইরিক, ড্রামা, ফিলম অমসুং রেডিও প্রোগ্রাম কয়াগী উৎলী। ক্রিতিক পেলহনবা তাই। মেগাজিন অমসুং রেডিওদা রেভিউ পনথুবদু কোথোক্তনা হাপনৈ। মশক খওবা সমালোচনাগী মীশক অদুদি য়ায়া থিজনবা ওইগনি। মৈতৈগী ক্রিতিকশিং অসি হীরম অদু মুন্না খওজিনদনা সমালোচনাগী খুৎ থাজিনবদগী থাক নেম্বা, কান্নদবা অমসুং মমন লৈতবদা ইরাকনরে। চন্নাই তাথীনবদগী পংই ইশনবসু থেংনৈ।

আˊটিকল—মীতৈগী চেকোওশিংদা হীরম কয়া ফোঙনরিবসি রিসার্চ পেপরগী মওং য়োদবা পংপা পানবা ছাপা নমশিনবা মানলি। মতম চিনবা অমসুং মমুৎ তানা থিজনবা মচাক বাৎপদগী চম্বরকপনি। য়ায়া বাংবা মখনদি মীতৈমচাশিং রিসার্চ মেথোডতা মতম চংনা ত্রেন তৌরগা চহি ৭/৮ সিদা পুথোকরকই।

মিডল—Editorial লামাইগী ময়ায়দা আˊটিকলগা মথা অমসুং ইডিটরদা পীবা চিঠিগী মফমগী মখক্তা। লৈবদু মিডল কৌই। কাগী, চৈবা নৎত্রগা মীগী শক্তম উৎপনি। ইন্নিবসি পাব মুডাইনবা অমসুং নোকনবা ফোঙবনি। ঐথোইগী চেকোও-

শিংদা মসিগুম্বসি মরক মরক্তা থেংনৈ। চেক্রোক্ত য়াম্মনবনা মী অমনা থুংনবা ইরে। থুংই অসি চগ্থনবা খঙহৈবা মী য়াংলে। মসি মেনখংকদবনি।

সম্পাদক্তা পীবা চিঠি—কলম অসিদা প্রজাগী মত অমস্তুং অবাবা ফোঙদোকই। মরক মরকতা চিঠি অসি নুংতিগী খবরশিংদা ফোঙৈ। সম্পাদকনা দায়িত্ব পুনদে। চিঠিগী মকম থমদবা য়াদে হায়বা চেক্রোক্তদা কংত্রে। Resistance খবরদা পরেং ৩।৪ থকতী চিঠিদি ফোঙবা উরি।

কলম—কলম ইবগী মত অদু মসিদা ফোঙৈ। অথম্বা মীনা কুপথনা নৈনবা হীরমদা মত ফোঙদোকপসি কয়া তোম্বনা থেংনদে। কলম অয়াম্বা এডভরটাইজমেন্ত অমস্তুং চৈনবদা মাঙহনলি। সরকারগী থবকতা নৈবা অইবতুনা হোঙলক্রিবা সরকারগী নীতি কয়াদা চৈবা য়াহনদে। কলচরগী মতাংদা মত থরদং পীবা চংনৈ। চয়োলদা ইবা অথম্বা মীওই নৈত্রে। ড্রামা, স্পোর্ট অমস্তুং মণিপুরগী মরুওইবা থুমিংশিংদা অথম্বা য়ারেং অমস্তুং শৈরেং পুথোকপাদি চংনরি। সম্পাদকনা নংত্রগা শিনলিবা কাঙবুনা অইবগী চে অদু পুথোকনবা কন্না তকনত্রবদি পুথোকপা ঙম্মদে।

অপাবগী লামাই—চেক্রোক্ত অপুম্বা লামাই য়ামদবা পিকনা ফোঙবা ঙাকনী। নুংতিগী ফোঙবা খবরশিংদা করিগুম্বদা অপাবগী লামাই হাপাথবা থংনৈ। চেগী মমন হেনগৎপা, হাপা নম্বগী মমন হেনগৎলকপা অমস্তুং মঙম চানা পুথোকহৌনবগী তঙাই ফবা নৈবদগী অপাবগী অথম্বনা লামাই থম্মদে। মসি থমনবগী মমন লৌবা, ফোঙনবা মঙং অমস্তুং রুল থোকদোকপা ঐখোয়গী চেক্রোঙশিংদা থেংনদ্রি। চংলুবা ঙমদবা, মাই ওনশিল্লবগা উম্বনা ঙমদবা, নৈনবা ঙমদবা লম্নাই চিঠি চংনবা য়াদবা অমস্তুং চিঠিদ পনবা মতিক চাদবদু লামাই

অসি থমলগা কোকহনগনি থনলি।

প্রজা পেলহনবা হায়বসি পত্রিকগী বা কজনা শঙ্গোকপদা লৈরে। ঐখোয়গী লমদমসিদা মসিবু কজনা চংথরিব্রা?

জেমোক্রেসী চংনবা লমসিদা পব্লিক ওপিনিয়ন অসি চাওথং খোঙচংতা চংশিনলি হায়বসিদা মথাগী মরম থমসি হৌরম অময়োমদগী ভেম্না উংনিংই।

(১) সহর অমসুং খুলংদা চংনবা আইন—খ্বাইদগী চাউরবা ইম্ফাল সহর অসি মিউনিসিপাললিতিনা ভাকই। গ্রেটর ইম্ফাল শেমলকপদা মসি কোরপোরেশন ওয়বা হোংনরি। অম্পাকী সহর অমসুং বাজার কয়াদা টাউন কমিত্তি শেমই। মীথন মতম চানা পাংথোকই। খুঙ্গং কয়াদা পঞ্চায়েত চংনহনলি। চৌংগী লমদমদনা প্রজাগী মীহুৎনা থবক কয়া হিলগী কাউন্সিল অমসুং কমিতি কয়াদা পুরি। পায়থংলক্লিবা থবকশিং অসি গনতন্ত্রগী মুঙং য়েঙ্খোকপনি। প্রজাগী মত পেলহন্নবা খুৎশেমশিংনি হায়বা য়াই।

মুপীগী কিবম-মীতৈ সমাজ অসিদা মুপীনা মুপাগী ভেংবাংবা ওইনা লাকই হায়বসিদা নৈনবদগী উরে। মুপীনা য়ুমগী থবক্তা নত্তনা কৈথেন কাবা, লোইশং কাবা, লান চংপা, শগোন ভোংবা, হি হোনবা অমসুং মাইবগী থবক ভৌরমই। মুপীনা ভৌবা য়াদবা চংনপোন থবা লৈবনস্থ হুম্বনা ভৌনরমদে। নোংচুপকি অনৌবা মহৈ মশিং কংলকপদগী লমদমশিগী মুপীশিংনা অফিসতা থবক ভৌব', য়াজনীতি য়াউবা অমসুং তেকনিকেল লাইনদা চোংথোরকলী। ইমুং মথূন ফুনব ওম্বা মীতৈ মুপীশিংনা চেককী থবক শুব', ছাপা নমবা অমসুং ফুরিং তুবা ভৌনরকলি। সংস্থান কয়া লিংজুনা নীংতমবা মাংওদনবা হোংনরি।

ময়াই কাবা শীজিন্নবা বিংবা—য়ু, গঞ্জা অমসুং ময়াই কাবা পোং শীজিন্নবসি মহৌশাদগী চংনরকই। বৈষ্ণবগী প্রভাব

প্রভাব কনখৎলক্লবদা থাদোক্লরকই। পৃথিবীগী অনিগুবা লাম্লাউগী মতমদা ধর্ম্ম কম্না ইম্নরিবৈদা য়ু থকপসি মাঙই হায়হুনা চৎনরমই। শা, ঙা অমস্থং মন্নাই কাবা পোৎ নিংথোশিংনা থিংলমমী। লাম্লাউ মতুং, মণিপুরনা ভারততা তিনশিনখিবা, নোংচুপকি চৎনলোন তন্নরকপদগী পাপকী ভাব লৈখিব্রে। মীপুম তিংনা পাঁটিদা মন্নাই কাবা শীজিননরকলে। সরকারগী আইন্দা প্রোহিবিসন থমলবস্থ থবক্তা ওনথোকনব্রে। চীন্দা গান্ধী নীতি কৈ হায়রগা লোন্না মন্নাই কাবা শীজিননবগী প্রমান কয়া মী থুদিংমকনা উংলে। হৌজিক হৌজিকমক মুপী কাঙ-লুপ কন্নানা মায়কৈ থুদিংদগী য়ু থকপা থিংবা, য়োনকম থুগাইবা, থকলমবা কাবা অমস্থং মতিকচানা বারকপা ফংলি। ঙ্গুত সরকারগী এক্সাইজ অমস্থং পোলিস লোয়শঙনা হীরম অসি চৎথরবস্থ হেননা মুথৎনবা থ্বাইগী মত কনখৎলকই হায়ব-সিদি লেংত্রবনি।

থুংলাই পায়বগী আইনশিং Armed Forces Act অসি শনদোকতবা থ্বাইগী অপামবনি। নীংতমনা ফোঙদোক পা ওমনবা ফোয়ম কয়া শেমব, থনন নৈনবা অমস্থং অর্থ-নিতিগা তাননবা অসি হৌজিকমক ফংলি।

শোকন পন্ন য়াদবা—ঐথোইগী মৈতৈ কাঙলুপতা অমাং অশেং কননা থমলমবসি মমাংগী চহি চা কয়াদগী চৎনরমই। পাল-লিবা নিংথোনা পেননদবা অমস্থং চৎনলোন থুগাইবা মীবু মাঙহনলমবা, পুনসি অহু হনথবদা থমবা ফংখি। হনথবা লোইহ-শং, চীংমী অমস্থং মুসলমানশিংবু মাঙই, শোকনবা য়াদে থম্নরমমই। য়াইথিবী কাঙবুনা লোয়শঙ অমস্থং কৈথেন কাবদা মন্তিই হায়-নবগী রেকোর্ড লৈরি। থামন কাঙবুনা মাঙবা শেংবগী থাকম পুশিনখি। মৈতৈ মশেনদস্থ হীদাকফু কীদা তীননবা, লোনবা য়াবা য়াদবগী চৎনলোন থমথেংলমই।

নোংচুপকি প্রভাব লাকপা, গান্ধীজীগী নীতি পাম্নরকপা অমসুং নীংতম্বা ভারতকি সম্বৈধান ইনবদগী অমাঙ অশেং অসি লৈরক্তে। মসিমক খাইগী মত চাওখৎপগী লংলবা প্রমাণনি।

নীংশীংবিবা য়াই—Decision and Public Policy হায়বসি ৫৪ শুবা Indian Philosophical Congress কি মদ্রাজ সেসন্দা সিম্পোজিয়ম ২শুবা ওইনা খন্নখি বিশ্ববিদ্যালয়গী ওজা কয়ানা শরুক য়াবদা ঐগী মতম্ব পীজখি। খাইগী মত অমসুং লেপ্পবা হায়বসিমক মীদদা ফংবনি, শা ঙা অমসুং হন্থবা জীবদা ফংদবনি। খাই (মীয়াম) হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা মায়কৈ কয়াদা লৌনরি। রাজনীতি শান্নবা মীশিংনা মখোইগী অপাম্বদা পুশিন্নবা কম্না হোৎনৈ। মচুগী অফ ফত্ত অমসুং তারকপা ফল কয়া লৈ'র।

হৌরম অসি নৈনবদা পাল্লিবা সরকার অসিগী কৌরেপ অমসুং নীতি অচু য়াউদবা য়াদে। সমাজদা হিংবগী মথাথংবা য়ুক্ষমদি Socialistic economic set-up (চপমান্নবা অর্থনৈতিগী শাগংলোন) ওইবা অমসুং Social Rectangle (সমাজগী মান্নবা কোনাগী লৈই মরীনা কোনবা)। Authoritarian political (শুপ্পমগী রাজনীতি) ওইবা থেংনরি। শক্তি পায়বা মীওইনা মশা চাউজনীংবা, মশাগী য়েংবা অমসুং কাউননীংবদগী প্রজাগী য়েংদবা অমসুং খিংবিনবা রাৎপনা মহৌক পোকলমই। মরী লৈননা লৈখিরবা জয় প্রকাশ নারায়ননা লোক নীতিগী মত পুখোক্লম্বা, মচু ফংনবা পাম্বৈ কয়া পল্লম্বচু ঐহাক্না কনফরেন্সতা পুখোকখি। মীওইনা লেপ্পরিবা, খন্নরিবা অমসুং কোঙদোক্লিবা পুম্নমক চুম্না তৌশিনবা নত্তে। অবাংবা নীতিগী মিংয়েংদগী খন্নৈনবনি হায়না মত কোঙদোকপদা ফিলোসোফর অখঙ অহৈশিংনা য়াম্না পেনবিখি অমসুং থাগৎপিখি।

## এপেন্দিক্স (হাপচিনবা শরুক)

চিংথৌবা মমিং মথা থয়দং :— ময়াম্না পাবদ মুঙাইনবা হাপচিল্লি। মতাং চানবা য়েংবিরগা পাবিরিবা অথঙ অহৈশিংনা চনশিনবিয়ু। মশিং অসি নোংম নোংমগী য়ামথংকপা অমসুং চেকোং অদু ময়ম কয়াদগী ঈচেন লেপখিবা অসি লমদমসিগী জর্নেলিজমগী মওং মতৌনি। মমিং মথা চপমান্নবা অকোঙবা মীওই অমসুং মকম খেন্নবসু তোইনা ফংই।

(ক) তথেন অমসুং কাছাড়দা কোঙখিবশিং—

খৃ: ১৯৪৭ কি আগষ্ট থাদা রাজকুমার মাধবজিৎসিংহনা সম্পাদন তৌদুনা কোঙখিবা থাথায়গী চেকোঙ খোঞ্জেল হায়বসিনা ত্রিপুরাদা কোঙবা মৈতৈগী ওইনা অহানবনি।

থা ৩/৩ গী মুখিংলৈ কৌবা মৈতৈলোনগী চেকোঙ অমা কাছাড়গী বানী পাড়াদা হৌজকমক চথরী।

থা ২/২ গী কাছাড়দা কোঙবা ঈচেল; খোরিরোল— বাংখেম শরতচন্দ্রনা লক্ষীমপুরদগী কোঙবা (১৯৭৯)

(খ) কোঙনবা হোৎনরম্নগা চেকোঙ থোকই খোক্তে হায়বা খণ্ডরবা খুদম থরদং—

মণিপুর শাসন তৌরম্বা ডরবারগী প্রোসিদিংস অমসুং বারেপশিং পাক্নবদা কোঙগে হায়দুনা দরখাস্ত থাদুনা ডরবারগী রারেপ তাক্লবা অমসুং রেকোর্ড অদু য়েংবদি ঙমদবা চেকোঙ থরা মরক মরক্তা উখি। মখোইগী মমিংদি পুঞ্জম পারিজাত সিংহনা পুখোক্লবা হোৎনরম্বা মণিপুরী মহিলা (রিজোল্যুসন নং ৫, তাং ৩-১-৪০) অমসুং গৌরচন্দ্র শর্ম্মনা পুখোক্লবা হোৎনবা থাগী চেকোঙ মৈতৈনি (তাং ৭ ৮-৪৯ গী রিজোল্যুসন নং ৮)। খৃ: শোক ১৯৪৬ তা হকচাং নাদবা নৈনবা চেকোঙ অমগা মুপীগী ওইবা অমগা কোঙনবা পার্মিসন পীবা থেংনৈ।

(গ) খৃ: ১৯৮০ ফাউবদা থোকখিবা চেকোঙ মমিং যাংহৌবা অমসুং নৌনা থোকলকপা— ইংরেজীদা মুংতিগী খবর The North East Frontier Chronicle-সম্পাদক এল, ইবোয়াইমা।

চহিগী চেকোঙ— (১) খৃ: ১৯৩৬ তা মণিপুর আয়ুর্ব্বেদিক সম্মেলনয়া অহানবা ওইনা পুথোকখিবা মণিপুর আয়ুর্ব্বেদ পত্রিকা। চেকোঙ অসি অমুক হিংগৎনবা হোৎনরি।

(২) Creative Youth Organisation গী খোংজোম অমসুং অথোবশিংগী নীংশিং মুমিৎ, আগষ্ট ১৩ গা মরী লৈননা ফোঙবা খরা—

থা ৬/৬ কী চেকোঙ—অশেংবা পুন্সী ( ককচিং ১৯৭৮ )।

থা ৩/৩ গী চেকোঙ—(১) খৃ: ১৯৭৯ দগী হাওরৈবী মখা লৈকাই খোংনাং মখোং যূথ ক্লবনা ফোঙবা কুমওন; ইডিটর হাকিম সাহ।

(২) জুলাই ১৯৭৯ দগী হোমেন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইনা পুথোকপা—পুন্সিরোল।

(৩) পোইরৈ পাওদম—কঙলৈ নহালুপনা খৃ: ১৯৮০ গী ১৯-৭-৮০ দগী ফোঙবা।

থা ১/১ গী চেকোঙ—কংলৈপাক থৌশিনকোনগী মায়কৈ-দগী মোইরাংথেম ইবোমচানা থোরি লাংদুনা ফোঙবা—কংলৈখোন।

A. I. R. Imphal না শন্দোক্তুনা তাহনবা মৈতৈলোনগী চেকোঙ—খোঞ্জেল। মীশক খরগী ওইনা অহানবদা শ্রীপ্রকাস, মথংদা জয়ন্তকুমার শর্ম্মনা পুথোকই।

থাখায়গী চেকোঙ—(১) খৃ: ১৯৬৭ তা সাহিত্যগী ওইনা মতম খরদং ফোঙলম্বা—মীনা।

(২) খৃ: ১৯৭৯ গী জুন ১৫ দগী সাইখোম যুগল সিংহনা পার্টিগী ওইনা পুথোকপা—মীয়াম।

(৩) C. P. I. Marxist না কোঙবা — People's Democracy.

(৪) ১/১১/৭৯ দা অহানবা ওইনা অথোকপগী থৌভম লুবাংনা সম্পাদন তৌবা— অনৌবা য়াওন।

(৫) জুন '৭৯ দা ইবোহল সিংহনা ইডিটর ওইদুনা কোঙবা —কিয়াল।

(৬) এপ্রিল '৭৯ দগী ছুইক্রোমচা য়াইকবনা ( লালা ) সম্পাদক ওইনা কোঙবা—সনাইতরেং।

(৭) জুলাই '৭৯ দগী কোন্সবা ইবোচৌনা ইডিটর ওইনা মীতৈ মরুপকি বাথল শন্দোকপা লংজিল।

(৮) ১/৭/৮০ দা মণিপুর কলচরেল স্কুল উরিপোক্না কোঙবা —উংবা।

(৯) য়াগৈরোল মোইরাংদগী কোঙবা মে '৮০।

লুংতিগী চেফোঙ (১) থোকচোম কলেন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইনা পুথোকপা মনীংতম্বা চে—তোকঙা (১৯৭৯)।

(২) কৈশাম শ্যামকিশোরনা কোঙবা—মায়বা।

(৩) গুনধজনা কংগ্রেস আইগী ওইনা কোঙবা—পম্বুংকম।

মুপীগী চেফোঙ—থা ৩/৩ গী ওইনা পুথোকপা মুপীগী সমাজ।

মণিপুরী অমসুং ইংরেজীদা (১) থাথায়গী পুথোকপা—এন. গম্ভীরনা ইডিটর ওইনা ১।১।৮০ দগী কোঙলিবা ঐথোইগী শকুম, (২) লৌচিং লম্বী ককচিং)।

থা ১ গী চেফোঙ (১) নোংয়াই তখেল্লম্বানা ৩।২।৮০ দগী অহানবা ইস্যু পুথোক্লবা পলেম।

(২) ডাঃ তোম্বা সিংহনা লোলগী মরমদা নৈনবা—লোন।

(৩) কিদম—All Manipur Muslim Youths' & Students' Association না সমাজগী ওইনা ১।৯।৮০ দগী কোঙবা : সম্পাদক এঃ কেঃ য়ুমথাইবা।

(৪) কংলৈপাক ষ্টুদেন্টস ফ্রন্তগী থাগী চেকোঙ—অরংবা থবানমিচাক।

খৃঃ ১৯৭৮ দগী নহারোনশিংগী অচৌবা ঈহৌ থোকতুনা লৈবাক্তী মফমদা নেমদবা থোকহনলি। মথোইনা চথরকপা থবক অতু শন্দোকপা চেকোঙ অমসুং অইবা লামাই মশিং য়াম্না চাইথোকতুনা ময়ামদা শঙহনলি। গৌহাটি মণিপুরী ছাত্রশিংনা ইংরেজী অমসুং মৈতৈলোন্দা নৈনবা বুলেটিন অমা লীথোকতা খৃঃ ১৯৭৯ দগী কোঙলকই। পাউ অসি লীপুন হায়না থোনলি। গৌহাটিদগী তমলিবা ছাত্রশিংনা সমস্যা কয়া নৈনরকপা থেংনৈ। শিলোংদা চুমথাং কৌবা চহিগী মেগাজিন হন্দক্তা পুথোকল্লে।

থা ২ গী চেকোঙ—পান্দম ১৭।৮।৮০ তা Liberty Publication Ltd না সাহিত্য, সংস্কৃতিগী ওইনা কোঙবা—সম্পাদকতি কয়ামুদ্দিন।

[ য়াংহৌবা মরিংশিং—জিরিবাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা চহিদা কোঙবা লৈকোল, য়াইরিপোক্তী মহম্মদ অজিমউদ্দিন্না থা ৩/৩ দা Badrul Munur, ককচিংগী ফুম্নোসিংগী নতিক নঙাল অমসুং উরিপোক্তী খুলেম চন্দ্রসেখরনা কোঙবা উমংলাই খুন্দা, মুংতিগী The Frontier Chronicle অমসুং থা ৩ গী কথোকপা পনবা য়াই। ]

(ঘ) চীংগী লোনশিংদা ইংরেজী ময়েক্না কোঙবশিং—

থা ১/১ গী—Gam-Tanchin হায়বসি পাইটে লোন্দা N. Thomte না সম্পাদক ওইনা কোঙই। বাইবল অমসুং খৃষ্টান ধর্মগী মতম্নীশিং অতুনা নহারোল নেতাশিংবু পুক্লিং থৌগৎতুনা চর্চগী মকোক থোংবা ওইহনবা, মপুন্সিদা অফবা থবক তৌবা, নহারোন অমসুং পিক্লিবা অঙাংশিংবু হৌজিক্তী পুন্সি অমসুং তুংগী পুন্সিদা হেন্না ফগৎনবা কোঙবনি। য়াহন্দোক্তি The Kingdom লৈবাক হায়বনি। ইম্ফালগী প্রেসতা ছাপা নমতুনা ইম্ফালদা কোঙদোকই।

চহি ১ গী মমুংদা পুথোকখিবা S. Kaikhamkup না English তা কোঙবা Zoumi Sangnaupang Powlpi; Mizo Zirlai Pawl ( চহিগী ), Young Paite Association (ইংরেজী অমসুং পাইটে) Zongram Review (পাইটেগী quarterly) কোঙলি।

S. Vungsing না চহিগী ওইনা Siamaipowl পুথোক্লি। ইংরেজী অমসুং মাউ নাগাগী লোনশিংদা থাগী ওইনা Etsel Kopno কোঙলি। চৌংগী চেকোঙ অয়াম্বা ইক্কাল অমসুং চুড়াচান্দপুরদগী কোঙদোকপা থেংনৈ।

থাখায়গী চেকোঙ—Thuzakna হায়বদি পাউ চংপা মী হায়বসি N. Thomte না সম্পাদক ওইদুনা ইক্কালদা কোঙবনি। পাইটে লোননি। Tangkhul Literature Society না তাংখুল লোন্দা Zingthanwo কোঙই। অপাবশিংদা থঙবদা কায়বা ঈ-পাউ পীবা, শ থীবা লায়নাশিং, রাজনীতি অমসুং থবক তৌথে বকপগা থেম্নবা কয়া নৈনৈ। ছাত্রশিংদা লমচৎ শেমগৎনবা রাজনীতিগী ঈথিন য়াউদনা নৈনবা চেকোঙনি।

---

লোইরবা।

## ক। তান্নখিবা লাইরিকশিং

i) S. Natarajan, A History of the Press in India. ( ১৯৬২ )

ii) Roland E. Wolseley, Journalism in Modern India. ( ১৯৬৪ )

iii) Annual Report of the Registrar for Newspapers. (১৯৬০-৭৮)

iv) The Indian Press Year Books,

v) William L. Rivers, The Mass Media. (১৯৬৭)

## খ। মেগাজিন অমসুং খবরশিং

i) প্রজাতন্ত্র সপ্লিমেন্ত—চহি ২৬ শুরকপগী নীংশিং চেক্লোঙ (২১/১২/৭৭)

ii) অনৌবা সমাজ—রিপব্লিক ডে চেহাপ (২৬/১/৭৯)

iii) ভর্নেক্যুলরগী পেপরশিং—ইউনিভর্সেল লিটরেরী এসোসিয়েন, লমলোং বাজারনা, খৃঃ ১৯৭৫ দা সেমিনার তৌখিবা।

iv) লাইরিকসিগী মচুংদা পনখিবা খবর অমসুং মেগাজিন খিখিক।

v) The role of the Press in a Democratic country—অইবনা মৈতৈলোন্দা পাথোকখিবা চে; Progressive Writer's Association না December '74 দা পাঙথোকখিবা উপলক্ষগা মরী লৈনবা

---

* মণিপুরগী ঋাংমদা লৈবা মৈতৈ মচাশিংগীদমক লাইরিকসিগী মমল তঙ্খাই পীজগনি।

খং তাকহুনা সনাকোম্বুংদা অথম্বা হুম্বিত্তা লাইরিক ম্বিখি। মহাত্মা লম্বুম দিগবিজয় খিবগী ৺লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিং এবং অমসুং ৺খোইচোম বীরহরী, বি: এ গী মচানুপা অমম পোকখি। মখোইশীদা লাইরিক তৌবগী চাম্বখি।

মণিপুরগী মপান হায়বদি তুমু অমসুং কাছাড়নচিংবদা লপোনবা চংলকই। নবদ্বীপতা অপোকপীগী তীর্থ সেবা কংখি। ইম্ফালগী নোংপোকথংবা মায়কৈ অন্দ্রো, হুইকপ, অংখা, খাংখেম অমসুং মাইবীপোক্রচিংবদা লাইরিক হায়বা অমসুং খিবগী থবক কয়া থবমই। গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্মবু মকমসিদা কয়া শুন্দোকখিরমী। মকমশিং অসিদা মাইবগী থবকসু তৌখিরমী। অন্দ্রোদা লাইরা অমসুং তেঙ্গা কাম্বা, নোংমাইজিং মনাক্তা তাবা চীংমীশিংনা খুঙ্গাং চক্সিনৈদা পীজিম্বরবা লাইরেং কয়াসু খিজনখি। পুজিদা খুংলীক্রবা মৈতৈ মাইবা অমসুং পাজি অমা ওইনা শক থঙনখি। মখিং চংলবা তাক্কবশিংগা অনাবা য়েংশিন্নবদা কয়িসু খাউনখিরে। তাক্কবশিংনা সার্টিফিকেট পৌনবা তকশিনখি।

থবক কয়া তৌরকপনা, হকচাংগী দেহ কয়া কন্থবনা মরম ওইদুনা চহি ২/৩ খোন্দুনা লৈরম্লগা মপাগী চহি ৬৪ সুবদা কাইরেন ১৭ নি পানবা ফেব্রুয়ারী তাং ১০, নোংমাইজিং হুম্বিত্তা মপাগী লৈকম উচেক্নোন্দা নোঙাখি।

Printed at: Nimai & Sons Printing Works, Paona Road, Imphal.